উচেক

মনিপুর সরকারগী ইডুকেসন ডাইরেক্টরন
শোক ১৯৬৬ — ৬৭ কী *children leterate Co*
গী অহুম শুবা মনা পিবিরবা লাইরিক

# উচেক





শ্রীএস, রুহিনীকুমার সিংহ

মমল লুপা—৩·০০

উচেক

# ভারত জাতীয় সঙ্গীত

:(১):

জন গণ মন অধিনায়ক জয় হে ভারত ভাগ্য বিধাতা।
পঞ্জাব সিন্ধু গুজরাট মারাঠা দ্রাবিড় উৎকল বঙ্গ
বিন্ধ্য হিমাচল যমুনা গঙ্গা উচ্ছল জলধিতরঙ্গ
তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিষ মাগে
গাহে তব জয় গাথা।
জন গণ মঙ্গল দায়ক জয় হে ভারত ভাগ্য বিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় হে॥

শ্রীরবীন্দ্রনাথ ঠাকুর,

উচেক

# উচেকশিংগী মচি

শা অনি

মথল

অহুম

ওষ্ট্রিচ, ঈমিউ, কেসোৱেরী, রেয়া, কেউই, লায়র, নোংইন, কোকিল, কাকয়েল, লম্‌ভজা, উচেক সেত্রে মকু, শেন্দাং, উরিত, ( অসিনা পেজ নং ১ দগী ১৩ ফাওবা— )

বাহোং, পাংশেকপী, আর্কটিক টর্ন, পফিন, টুক্যান, নোংগোবী, পিথাদোই, খংব্রাংচাক, উচিনাও. চরোই, লংখুমু, এনিস, থাওয়ানবী. চিনখোংউপ, ময়াং উবোক, পোরোম, উমু, থরোইচাবী, থবোইচাবী অঙোবী, ( অসিনা পেজ নং ১৪ দগী ৫৮ ফাওবা )

চেকলাওবী, কাংদ্রুক. শাবন কোদ্রুক, নোঙ্গাং, ঙাহৌইবী, শলঙ্কাক, উরেনকোম্বৌ, উথুম, লমঙাম্মু, উচিনাউ, থঙ্গোং, নুক্তা, আইদর, ( অসিনা পেজ নং ৫৯ দগী ৬৮ ফাওবা )

ঙারাকপী, জেকাস, কাঙঙা, কাংশেন, কাংলেন, কানাদ কাঙঙা, উপোং থারাওবী, কোকচৈশু, উরালিনমান, উরাখোমদোন উরা মিংসং, উরাওকমান, উরাপোংয়ার, তাওথা, পেনগুইন

# উচেক

, ( অসিনা পেজ নং ৬৯ দগী ৮০ ফাওবা )

াকো, মোইনা, কাকাতুয়া, চোডঙা, চোঙওামুবী, উতুবী, কুমফেংবী, উপুম, বাকম্বোং, লমপ্রা, াচেম্বী, য়েম্সাবাবা, রাইনুরেন, রাইনুমান, রাইন্. ‚পেজ নং ৮১ দগী ৯৭ ফাওবা )

মৈতৈ ক্বাক, ময়াংক্বাক, রাবেন, অ্যালবেট্রোস, উমাইবী, খোইনিং, শেম্বাং বাব্লার, মালী, উশাই শাইজৌ, উরোক, উরোক লোকলেম্বা, উরোক চৈনপাকপী, শলঙ্কাক, মোংবা, খুনুগুং, উচিথেম্বী, লমলকখুনু, ভিক্টোরিয়া, ( অসিনা পেজ নং ৯৮ দগী ১২০ ফাওবা ) ।

---

# উচেক

**উচেক** হায়বসি মখোং অনি পানবা মশা অনি পানবা অদুগা অতিয়াদা কোইনা পাইবা ঙমবা জীব মথল অমনি। অদুগা মখোই অসি মচা ওইনা পোকতে মরুম ওইনা কোকই। হৌজিক মীওইবনা উবিবা উচেকশিং অসে চহি কোটি ১৪গী মমাংদগী পৃথিবীদা লৈবা হৌরক্লে। মতম অদুদা লৈরম্বা "আর্কিওপ্টেরিক্স" কৌয়না কৌবা ক্লাক অমুক চাউবা উচেক অসিগী শরু মওং কাইদ্রবা অমা জর্মনীগী বাভেরিয়া স্টেটকী সোলেনহোফেন কৌবা মফমদগী লৈনুংদা লৈরমখ্রুনা ফংখি। উচেক অসিনা হৌজিক্কী উচেকশিংগী মপা মপুনি হায়না লৌনৈ।

চহি কোটি ২ ফাউবগী মমাংদা উচেক জাৎ ১১৬০০ শুনা লৈরম্মী। অদুগী হৌজিক্কী মশক মওং তিন্নদনা উচেক জাৎ ৩০২০ দি পৃথিবীদগী মংশেনা মুখ্রে। হিংলৌরিবা উচেক মথল অসি হৌজিক ৮৫৮০ শুরি। মসিগী মনুংদা জাৎ ২০৬১ দি ভারততা শুনা ফংই। ভারততা ফংলিবা মথল ময়াম অসিগী ৩৫০ দি মীরৈবাকততগী নিংথমথাদা চাক্তাবা পাইরক্লগা অমুক মরৈবাক্তা হনখিবা উচেক জাৎশিংনি। অদুগা অসুম্লসু হায়নরিম মতুংদি থাইনা পৃথিবীদা উচেক মথল ১৬৩৪০০০ শুনা লৈরম্মী।

হৌজিক হিংলিবা উচেক মখল ৮৫৮০ অসি অমুক মশক মওং খরা খরা মান্নবকখৈ পুনশিল্লগা কাংলুপ ২৭ থোক্লা থাইদোক্লে। মসিগী মনুংদা ওষ্টিচনা থ্বাইদগী য়াং চাউবা উচেকনি। মতম অমদদি মাদাগাসকর ঈথৎতা লৈরম্বা শামু উচেক কোৗবা অসি লুম্বদা কিলোঃ ৪৩৮ য়ৌই অদুগা নিউ-জিলেণ্ডগী মোআ অসি থ্বাইদগী য়াংবা ওইনা ডেসিমিটার ৩৩ হেল্লি। হায়রিবা উচেক অনি অসি হৌজিক্তি পৃথিবীদা লৈথিদ্রে। লৈবাকশিংগী প্রজাশিংদুনা মচিঙ্খাক ওইনা শিজিন্নবনা তত্তনা হাৎতোকখিবদগী মুৎখিবনি হায়নরি।

মনিপুরদসু ব্রিটিশকী মতমগী মমাংদা হৌজিক লৈরিবা উচেকশিং অসি মশিং য়াম্না মরাং কাইনা লৈরম্মী। মখোইনা পাল্লবা মতমদা সুমিৎ থুদিংগী মশিং য়াম্না য়াম্না হাৎপা অসি মখোইগী মচিঙ্খাক ওইবনা হৌখি। * [ মশিং রেকোর্ড তৌদুনা থমহোবনা থংবা ওমই মদুদি ইংশোক ১৯১০ দগী ১৯৩১ লোইবা ফাওবদা উচেক ১২৯২৬০ হাৎখি। মদুগী মনুংদা শুরিৎ ১৫,৯৮২, ঈরুপ্পি ৮৯৬০ অমসুং থোইদিংনম ৬৩৬২ দি হাৎখি। চহি অমদা ১১৩৭৯ হাৎপা য়াওখি। ] মতম অদুদা উচেক-শিংদু নিংথিনা ঙাকপিরমদ্রবনা হৌজিক্তি মনিপুরগী পাৎশিং অসিদা মরাং কাইনা চাক্তারদ্রে।

হৌজিক্তি উচেকশিং অসি মুৎথিদনবা মশক মওং থিজিন্দুনা নিংথিনা ঙাক-শেনবিদুনা থম্বা অ'স পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ওইরি। মথোইগী ময়মদা থিগৎচদুনা অঙ্গাবিবসি হৈরেবাকা কাম্নবগী দমক্তা অমস্তু নহারোলশিংনা মরু ওইনা থংননবগী মক্তুনি।

ময়ামগী —

শ্রীএসঃ রুহিনীকুমার সিংহ

( জর্নেল ওব দি বম্বে নেচরেল হিস্টরি সোসাইটি
এপ্রিল ১৯৩৩ দগী থংবা )

———



# উচেক



ওষ্ট্রিচ

ওষ্ট্রিচ — উচেক অসিনা পৃথিবীগী উচেক পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না রাং-চাউই। মঙকশম অমস্তুং

মথোং য়াম্না শাংই অদুগা মথোং থোংশা অনি অনিদমক লোংই। মপাঙ্গলস্থু কল্লি। মিটার ২ গা ডেসিমিটার ৪ ফাওবা বাংলগা অরুম্বনা কিলোঃ ১৪০ রোম য়ৌই। মথোইদি অতিয়াদা কোইপাই পাইবা ঙমদে অদুবু পুংদা কিলোমিটার ৬৪ গী হিংদা কন্না চেনবা ঙমই। চেনবা মতমদা মিটার ৪ গা ডেসিমিটার ৫ ফাউ থাপ্না চোংবা ঙমই। তিন-কাংস্থু ফাড়ুনা চাই অদুগা শন-ইরোইগুম্বা অনৌবা মনা-মশিং অনস্থুং নাপিনা নমনা চাড়ুনা হিংই। লাবাগী মকোক্তুগী মচুকশম অশাংবাদু ঙাংই অদুগা অমোমগীনা থাওথাংনৈ। মশা অতৈদা অমুবগা অঙৌবগনা লাংই। মদুস্থ অমোমগীদি অমুবা শরুক্তু থরা থাওথোকই। লাবাগী মমৈগী অমস্থুং শদোনগী মতুশিংড় মীওইবনা লৈতেংগী পোৎ ওইনা শিজিনৈ। লৈবাক মথক্তা নাপি-শিংবী চেনশিন্দুনা মচুম শাবগা অমোমনা কালেন্দা মরুম ১৫ ফাও কোকই। মচা ওন্দ্রিফাও অমোমনা অরুক নুংথিল কোল্লি অদুগা লাবানা নুংদাং কোল্লি। মরুম অমনা য়েন মরুম ২৪ গা মান্ননা লুমই। থা আফ্রিকাগী লৈবাক-শিংদা ফংই। অমাং আমেরিকাদস্থু লৈ।

---



ঈ মি উ

**ঈমিউ ঃ**— মতু চোম্বা কচুনা লৈশিন্না ৱাওথাংনবা মঙক অমস্তু মখোং শাংবা মশাগী ৱাংবনা ডেসিমিটার ১৮ হেনবা উচেকনি। লমজেল য়াংই অদুগা পাইবদি ঙমদে। পৃথিবীগী উচেকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাং চাউবদা অমি শুবনি। খোংশানা অহুম লোংই। মনা-মশিং মহৈ-মরোং চাদুনা হিংই। লৈবাক্তা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শারগা মরুম ৬ তগী ১৩ ফাও কোকই লাবা অমোম চংদুনা কোম্লগা ওলকপা মচাগী মতুদু পিকলিডৈদা অমুবা অমস্তুং অঙোবা মচুনা মুংনা য়ুংনা শাংনা লাংই। উচেক অসি অষ্ট্রেলিয়া মহাদেশতা ফংই।



কেসোৱেরী

**কেসোৱেরীঃ—** মঙক তেনবা মখো-স্থু লেংবা মতু চোম্বা অচৌবা উচেকনি। মকোক মতু হোদে অঙুবা শরুগুল্লা কনবা মতোক পাল্লি। চেকশিন্না পাম্বা মখোং অঙু অখোৌবা মখ্বজিল হৌই অদুনা খোংতুনা মী ফাউবা হাংপা ঙম্মই। মশাগী ৱাংবনা ডেসিমিটার ১৫ হেল্লি। মনা-মশিং নংলৈ-ৱারোং অমসুং তিন-কাং চাই।

উচেক অসি অৱাং অষ্ট্রেলিয়া অমসুং নিউগিনি ইথংতা ফংই। পাইবা ঙমদে



রেয়া

**রেয়াঃ**—উচেক অসি মণ্ডক শাংবা অমসুং মথোং শাংবা পাইবা ওমদবা অচৌবা উচেকনি। আমেরিকাগী উচেক শিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না বাং চাউই। মশাগী বাংবনা ডেসিমিটার ১৬ হেল্লি। মথোং খোংশা অহুম, হোংই অতুগা মশাগী কুচুনা থাওনা চৌই। মখোই অসিস্থ মনা-মশিং মচৈহ মরোং অমসুং তিন-কাং চাদুনা হিংই। লাবনা যুমবানবা মতমদা

অমোম মরি মঙাদগী হেন্না পান্নৈ। লৈবাক্তা চৈতেক চৈরাং চেনশিন্দুনা মহুম শাই। মহুম অমত্তদা অসোমশিংদুনা কোকলম্বা মরুম ৫০/৬০ রোম অদু লাবা অদুনা মচা ওনদ্রি ফাউবা কোল্লি। উচেক অসি থা আমেরিকাদা মরাং কাইনা ফংই।

---



কেউই

কেউইঃ— মুমদা য়োকপা য়েন্বীমুক চাউবা কুচুনা মুরৈ শংদানবা মচিনসু পিক্লা শাংনা কোলপতোনা পানবা উচেকনি। মশা পাল্লবসু পাইবা ঙমদে। অগুকপা উমংদা লৈ।

অয়ুক মু'থিল লোৎলি অদুগা অহিংদা চাক্তাই। ঙিন-কাং অমস্তুং মরু ওইনা লৈশৌতিন চাত্নুনা হিংই। লৈবাক্তা মনা মশিং চেনশিন্দুনা মহুম শারগা অমোমনা অচৌবা মরুম অনক্তমক কোকই। মরুমদু শাংবদা সেন্টিমিটার ১৭ য়োই। অপিকপা উচেকশিংগী মমু'দা মসিনা খ্বাইদগী চাউবা মরুম কোকপা উচেকনি। নিউজিলেণ্ড ইথৎতা ফংই। লৈবাক অসিগী জাতীগী উচেক ওইনা থংনৈ।



লাংমৈদোং

লাংমৈদোং— উমাইবী অমুক চাউবা

উচেকনি। কুচু মুই অমস্তুং শদোনদু ঙৌনা ত্নাংই। মমৈ ভ্রোই অহুগা মমৈগী অঙৌবা মতুশিংদুগী ময়াইগী মচুদি মুই। উচেক অসিগী মচিন য়াম্না চাওনা শাংনা কোলপ তৌনা পাল্লি। মচিন অহুগী মথক্তা অচৌবা মন্নুং হোৌবা উত্তোংগুম্বা অমস্তু পাল্লি। মরু ওইনা মথোই অসি উহৈ-ব্রাহৈ চাদুনা হিংই অদুবু করিগুম্বদস্তু লিন, চুম অমস্তুং উচিনচিংবা জীবস্তু চাই। মচিন চিন্দোনদগীনা মমৈ মৈতোন ফাওবা ডেসিমিটার ১৫ য়োম য়ৌই। চীংগী অশুকপা উমংগী উক্রোং অহোবদা মহুম শারগা অমোমনা নিংথমথা লোইরকপদগী নোংজুথা চংবা ফাওবদা মরুম অনিদগী মরি ফাওবা কোকই। অমোমনা মরুম কোনব মতমদা মশাগী অমাংবগা লাবনা পুরকপা লৈথোমগনা মকোনগী মথোং অদু মথুন মচা অমত্তং ফাংলগা লোইনা মেনশিল্লি। মথুন অদুদা লাবনা মচিঙ্গাক থিরুরগা পুরকতুনা পীরে। অস্তুম্না লৈরকপনা মচা ওল্লবা মতুং থাথাই অমরোম লৈরগা অমোমদুনা মশানা কনথংলগা ফক্লাংদ থুগাইদুনা থোরকই। অদুদগী মচাশিংদ চাউদ্রি ফাওবা অমুক হান্নগুম্না শিংজিল্লগা লাবা অমোম চংদুনা মচীঙ্গাক ইনবী। জাৎ ৪৫ শুই। মনিপুর অমস্তুং মালাবারনচিংবা ভারতকী লম অমদী ইন্দোনেশিয়া অমস্তুং আফ্রীকাদা ফংই।



উচেক লায়র

**উচেক লায়রঃ**— কাক অমুক চাউবা উচেকনি। মশা অপূম্বা কুহিদা মুশিঙ্ম মচুনি। লাবাগী মমৈ অদু অমোমগী মমাংদা থেকত্তুনা ফন্দোকলগা জগোয় শাবনচিংবা তৌই। মমৈ অদু শাংবদা ডেসিমিটার ৫ য়োই অদুগা মমৈগী মতাইগী মতু অমমমদি মতোন কোনবা অস্তে উচেক মতুগুম্বা পাল্লি। অদুগা মতাইগী মতু অনিদুগী মরক্তা উরিকশেক মতুগুম্বা মচুনা কুহিদা লৈশিঙ্বা ১৪ পাল্লি। পুম্বা মমৈগী মতু ১৬ শুই।

মমৈদ্ থেকৎলগা ক্লন্দোকপা মতমদা নো চুপলোমগী মীনা শিজিন্নবা লায়র কোবা ঈশৈগী যন্ত্র অত্র মাল্লি। অদুনা যন্ত্র অসিগী মমিং লৌদুনা উচেক অসিগী মমিং উচেক লায়র হায়না কৌই। মমৈগী মতুসি নোংজুগা চঙকপদা পাগ্বা হৌ-রগা মেরা থাদগী কেনবা হোই। অসুন্না চহিগী মতু শিল্লি। উহৈ বাহৈ অমসুং তিন-কাং ফাদুনা চারগা িংই। মখোই অসি থাপ্না বাংনা পাইব ঙমদে। অনেমবা নারক অমসুং মোংশোং মরক্তা উনা-শিংনা অমসুং চৈতেক চৈরাংনা মচুম শাই। মচুম অদু মথক কুপ্পী অদুগা মথোং ফাংলি। অমোমনা অশাবা থাদা মরুম অমথক কোকই। উচেকসি জাৎ অহুমনি অষ্ট্রেলিয়া অমসুং মনাক নকপা দ্বীপৎশিংদা কংই অতৈ লমদা লৈতে।

---





নোং ই ন

**নোংইনঃ—** মশক মওং কুচু কুমেন অমশুং চাও-শাংবা শেন্দাংগা মান্নাবা উচেকনি। মশা অপুন্বা কুহি মচু য়াকশিন্বগা পাম্থোকপগনা লাংই। মচিন চিন্দোনদগীনা মমৈ মৈত্তোন ফাউবদা ডেসিমিটার ১॥০ দগা খরদমক হেল্লি।

অতিয়া মথক্তা চপ য়ু'না ৱাংনা পাইথংলগা মিনিট ২০ মুক লেপ্পুনা খোংঙি। অমুক পাইথরবশু হন্না হন্না পাইথংতুনা খোংঙি। মখোইগী মশা থপ্পগী মখোল অমশুং খোংবগী খোঞ্জেল অদু তানিংবা অমশুং অইংবা পোকই। অপিকপা ঊহৈ-ৱাহৈ অমশুং তিন-কাং মচাশিং ফাদ্না চারগা হিংই। নৈবাক্তা নাপি-শিংবি অশেংবা মরক্তা তেঙ্গোৎ মওং শানা নাপিনা মহুম শারগা অমোমনা কালেনগী অশাবা থাদা মরুন ২ দগী ৪ ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী সমদমশিং অমশুং এশিয়া, ইউরোপ অমশুং আফ্রিকাদা ফংই। ভারতু জাৎ ১০ ফংই। ভারত্তা ফংবশিংগী মনুংদা খোইনিংগুমনা মতোক হৌবা জাৎ অমা নৈ। নিংথম থাদদি মখোইশি শঙ্গু ওইনা চাক্তাই। মরুম কোন্না মতমদা অমোমদনা কোল্লি; মচা ওল্লগা লাবা অমোম চংদুনা মচিঞ্জাক ইল্লি অৱাং এশিয়াদা নৈবা জাৎশু ভারতলোমদা নিংথমথাদা চাক্তাবা পাইরকই।



কোকিল

**কোকিল—** কাক্কুশী শরা পিকপা উচেকনি। অমৈ শাংলপ পাল্লি। মচিন নাপু হাইরপ চংনা শংই। মমিৎ ঙাংই। লাবাগী কুচুনা মুনা লংই অতুপা অমোমনা কুক্তিচংনা মাওথাংনবা মচুদা অঙোবনা মকুৎ মকুৎ থিল্লি। কোকিলশিংনা লিংথম থাদা উবা ফংদে। উমং মামংদা লোৎলুনা লৈখি।

কালেন চণ্ডকপদগী খোরকতুনা অযুক অণ্ডগ্নদগী খোংবা তাবা অমশুং মশক উবা ফংই। লাবাশিংদি মুংশিবা খোম্থোক্কা লোইননা খোংই অতুগা অমোমদি খোংবদা মুংশিবা খোম্থোক চেন্দে। মখোইনা তিন-কাং অমশুং উহৈ ন্নাৈং চাদনা হিংই।



কোকিল অমোম

কালেন চণ্ডকপদা অমোমনা মরুম ১৩ ফাওবা কোকই। মরুম শিংদু অতোপ্পা উচেকশিংগী মহুমদা লোম্না হাপচিল্লগা মচা ওম্নবা কোলহল্লি। ভারতনচিংবা এশিয়াগী লমদমশিং অমদি ইউরোপ, আমেরিকা অমস্নুং অন্নাং আফ্রিকাদা ফংই। পৃথিবীদা কোকিল জাৎ ২০০ শুনা লৈ। অন্নাং আমেরিকাগী কোকিলদি উচেক অতৈগুম মহুম সারগা মরুম কোল্লি। চোডভামুক চাউবা মবুক অমস্নুং মথা ভোবা অদুগা মনঙ্গল মুবা কোকিল অসি

মকোক্তা মতুগী মতোক হৌই। মমৈ মৈতোন অমস্তুং মশা শাইরুং ময়াইদা ঙৌনা তাংই। মথোই অসিদি মনিপুরগী চীংগী লমদম অমস্তুং ভারতকী মফম অয়াম্বদা ফংই।



কাকয়েল

**কাকয়েলঃ—** মচিন চিন্দোল তুম্না কোম্না পানবা, মথোংগী মথুজিল য়াম্না থৌবা উচেকনি। মশাপুম্বগী কুচুনা কুহিনি। মচিন চিন্দোন্দগীনা মৈতোন ফাউবদা ডেসিমিটার

৯ য়োই। থেব, লময়েন, লমঙানু, অমসুং কাঙভান-চিংবা জীবশিং ফাদুনা চারগা হিংই। মাংদা থাপ্লা পাইবিবা উচেকপু ফানবা পাইবা অমসুং অহাংবদগী হুমথরকপা মতমদা কিলোমিটাব ৪ ফাউবদি পুংদা কিলোমিটার ১৫০ গী হিংদা থুনা পাইবা ঙমই। অরাংবা উথক্তা মহুম শারগা কাপ্লেন চঙকপদা অমোমনা মরুম অমদগী অনি ফাওবা কোকই। কোনবা মতমদা লাবা য়াওদনা অমোমদনা মুমিৎ ৪৫ নি কোল্লি। মচাশিংগী চানবা চিঙ্গাক লাবনা পুরকপড় মচাদা ইনবিদে। অমোমনা লাবদগী লোরগা মচাদা অমুক ইনবি। অমুম্না থা অহুম ফাওবদি মকোন্দা লৈ। মচা অনি শুনা ওল্লবদি খরা চাওরক্লগা অকনবনা অশোনবড় হাৎলগা চাখোকই। কাকয়েন্না উচেকশিংগী নিংথৌনি। থাইনগী "অস্ট্রো-হংগেরিয়ান সম্রাজ্য" অমদি রুসিয়াগী নিংথৌ পাল্লিক্কী জাতিগী খুদমদা মকোক অনি পানবা কাকয়েল য়েকলম্মী। হৌজিক্কী আমেরিকাগী যুক্ত রাষ্ট্রগী জাতীগী খংনবা খুদমদা মকোক ঙৌব মচিন নাপু শাবা কাকয়েন য়েকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা কাকয়েন ফংই।



লঙজা

**লঙজাঃ**— মশাগী চাউবনা কাণ্ডায়ুক য়োবা মচিন চিন্দোন কোম্না পানবা উচেকনি। মচিন্দগীনা মমৈ মৈতোন ফাউবদা মিটার ১ য়োই অতুগা মশা শদোন অমদগীনা শদোন অমা ফাউবদা মিটার ২॥০ য়োম য়োই। মকোক্তগী মঙকশম ফাও মতু হোদে হোরবস্থু থরদমক চান্না চান্না হোই।

উচেক অসি কুচুনা মোৎনা থাওথাংলে। মকোক অমসুং মঙকশমগী কুচু ঙাংবা লাৎসু লৈ। অদুগা লঙজা নিংথৌ হায়না কোই। কুচু ঙৌবা মরাইবক মতু হৌদবা মচিন নাপু মচু ওইবা উমাইবীমুক চাউবা অপিকপা লাং অমসু লৈ।

লঙজাশিংনা শা-ষণগী অশিবা অপুম্বা মশাদু শেংতুনা চারগা হিংই। মচিন অদু শোঁন্না অদুনা পুমথত্রিবৈদা শা-ষণগী মউন শেংপা ঙমদে। মখোইনা য়াম্না থাংথৎনা মশা থগুনা পাইবা ঙমই। অরাংবা উথঙ্কা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শারগা অমোমনা নিংথমথাদা মরুম অমদগী অনি কাও কোকই। থা অমা কোন্নবা মতুংদা মচা ওল্লি। মচাদু থা অহুম ফারগা মতোমতা চাক্কাবা ঙমই। মনিপুবনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি এশিয়া, আফ্রিকা, ইউরোপ অমসুং আমেরিকাদা লঙজা লৈ।



উচেক সেক্রেটরী

**উচেক সেক্রেটরীঃ**— উরোক লোকলেম্বা অচৌবা অমুক চাউরবা উচেকনি। মাংবনা ভেসিমিটার ১২ য়োই। মকোক, মগুকশম অমসুং মনঙ্গল উৎ মচুনি। অতুগা মমৈ মৈতোন অমসুং শদোন মুই মচিন মতোন পাম্লি। মখোং কম্লি অমসুং মথুজিলতু যাম্না থৌই।

মকোক্তা মতু অশাংবা চরোং অমা মণ্ডকশমদা হাইথনা পাল্লি। মদু য়ুংখংপা অমস্তুং তুথবা য়াই। মকোক্কী মতু অসি থাইবগী সেক্রেটারীশিংনা থবক লৈতবা মতমদা কলম মনাদা থেংপা অদু য়াম্না মাল্লি হায়রুনা উচেক অসিগী মমিংস্তু সেক্রেটরী উচেক কৌখি। মমিং মিংপান অকোইবতুশু কোমলা মচুনি। য়াম্না হৈ-শিংই, মচু য়াম্না কনবা লিন ফাওবা মথোংনা হাংলগা চাই। তিন কাং, উচি, লিন, চুম অমশুং জীব মচাশিং ফাতুনা চারগা হিংই। ব্রাংনা অমশুং থাপ্লা পাইবা ঙমদে। অদুগা অনেম্বা উথক্তা নত্রগা নারক অশোংবদা চৈতেক-চৈরাংনা মচুম শারগা অমোমনা মরুম অনি কোকই। ফাং অনিনি সাহারা লৈমাই লমগী থা থংবা আফ্রিকাগী লৈবাকশিংদা ফংই।



ম কু

**মকুঃ—** অচৌবা জাৎনা উমাইবী অমুক চাউবা উচেকনি মমাই য়াম্না পাকই অদুগা মমিংশু য়াম্না লাওই। অঙৌবা জাং অংসুং অঙৌবগা কুহিগা লাংবা জাৎনা অথোইবনি। মচিন অতণ্বাদু কোম্না পাল্লি। মখোইগী মখুজিলশিংদু কোল্লি অদুগা য়াম্না খোই। মচিন্দগী মমৈ মৈতোন ফাওবদা ডেসিমিটার ৩ থক হেন্বদগীনা ডেসিমিটার ৬ য়ৌবা ফাওবগী জাং লৈ। অয়াম্বনা অমুক মুংশিল তুমলগা মুমিদাং কোইনা পাইদুনা চাক্তাই;

ঊচি, লিন, চুম, উচেক অমস্থং তিন-কাং ফাদুনা চারগা হিংই। মথোইনা চারিবা চিঙ্খাক অদু মবুক মনুংদা শরু-শায়াংনচিংবা ভুম্বা ঙমলোইদোবাশিংদু তোঙাম্না থাইদোকতুনা মতুম তাশিন্নগা লোকখুবদোনা খুদোকতুনা ওথোরকই। উক্রোং-রাক্রেংদা চেতেক



মকু অপিকপা

চৈরাংনা অমগুং চরু-রাইরুনা মহুম শারগা অমোমনা মরুম অনিদগী তরেৎ ফাওবা কোকই। অরাং আমেরিকাগী অশাবা লৈঙোই লমদা লৈবা মকুদি লৈবাক্তা উচিগুম্না মখুল লম অমা হেন্না লুনা হুৎলগা মনুংদা মহুম শাই। খা-মেরুগী লমদা নৎতনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমকতা মকু ফংই।



## শেন্দাং

**শেন্দাং ঃ**—মচিন চিন্দোনদগী মমৈ মৈত্তেন ফাওবদা সেন্টিমিটার ১২ রোম ওইবা য়াম্না পিকপা উচেকনি। মকোক কুহিদা মকশিল্লি। মনঙ্গলনা শেংদব, মকশিনবা কুহিনা মপুং ওইরগা ঙৌরুনবগনা লাংই। মবুককা মথাগনা মোৎনা রাওরুনবা উৎ মচুনি। মচুবাস্থ অমুবগা ঙৌরুনবগা মচেৎ মচেৎ ওই। মথৌরী চরম, ময়া মুই। তিন-কাং অমস্তুং মরু-মরাংনচিংবা চাদুনা হিংই। মথোই অসি মুমিদাং নত্তনা অতৈ মতমদদি অয়াম্বদা থোংদুনতা লৈ অতুগা নোংমদা ২৩০৫ রকতি চাং অমা ওইনা থোংই। শেন্দাংশিংনা মুমদগী শাইজিন শায়া অহোবদা নাপিশিংবী চেনশিন্দুনা মহুম শারগা কালেন

থাগী অশাবা মতমদা অমোমনা মরুম অনিদগী মরি ফাও কোকই। পৃথিবীদা শেন্দাং জাং ৭০০ শুনা লৈ। শাগৈ জাং অয়াম্বদা উচেকশিংগী মনুংদা শেন্দাংনা খ্বাইদগী হেল্লি। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি এশিয়া, ইউরোপ, আফ্রিকা অমসুং আমেরিকাদা ফংই।



উরিত

**উল্লিত**— শেন্দাং অমুক চাউবা উচেকনি। কুচু কুমেন মশক মওং শেন্দাংগা মান্নৈ। মচিন খরা চাউরপ

তাই। মকোক্তা অমসুং মথাদা নাপু চংনা লাংবা জাংশু লৈ। উচেক অসিদি মীওইবগুম্না ময়াম পুন্না লৈমিন্নবা অমসুং শুমিন্নবা অসি চংলৈ। ময়াম চঙ্না মরি-মরাংশিংনা উসাস্নাসদগী য়াম্থবী মহুম শারগা মচা মশুশিং পুন্না লৈমিন্নৈ। অদুগুম্বা মহুমদু মিটার অহুম শাংবা অদুগা মিটার মরিমথাইনা অকোইবদা কোন্বা য়াম্না চাউবা জাৎ য়াওই। মদুগুম্বা মহুম অমদা য়ামদ্রবদা উরিত ২০০ রোমদি লৈমিন্নৈ আফ্রিকাগী খা থংবা লমদদি উথক্তা চৈতেক-চৈবা অমশুং নাপি-শিংবী-শিংনা মথক কুপ্পা মান্দোপকুম্না শারগা মদুগী মন্নুংদা মহুম মচা মচা য়াম্থদুনা শারগা ময়াম লৈমিন্নৈ। মসিশু মথোই ময়াম চংদুনা সাজবমক্কনি। উরিতশিংনা তিন-কাং অমসুং মরু-মরাচিবা চাদুনা হিংই। কালেন ময়াই ওইরকপদগী নিংথমথা চবা ফাওবদা অমোম অমনা মরুম অনিদগী মরি ফাওবা কোকই। মরুম কোনফম কা অদুদি নোং চোক্তনবা লৈথোম্না মথক্তা তৈশিল্লি। লাবা অমনা অমোম অমদগীসু হেন্না পান্নৈ। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি এশিয়া, আফ্রিকা, ইউরোপ অমশুং আমেরিকাদা ফংই।

---



ৱাহোং অমোম

**ৱাহোং ঃ—** লঙ্জা অমুক চাউবা উচেকনি। মঙক শাংই অমস্তুং মকোক্তা ফজবা মতুগী মতোক হৌই। মনঙ্গলদা ৱাওথাংনবদা মুরৈনবনা ফৈনা ফৈনা কাপ্পী। লাবগী মকোক্তগী মংকশম, মথা অমস্তুং মবুক অদু শংবান্নবা মচুদা লংখৎলী অদুগা লংনা শংবান্নবা অশাংবা মমৈ চবুন অমা পাল্লি। মদু শাংবদা ডেসিমিটার ৯ হেল্লি। অমোমগী কুচুদি ৱাওনা মকশিল্লি অদুগা লাবগী অদুগুম্বা অশাংবা ফজবা মমৈসু পান্দে। উচেকশিংগী মনুংদা ৱাহোং লাবা অসি থ্বাইদগী

ক্কজবা উচেকনি। অমোমগী মমাংদা মমৈত্থু থেখংতুনা ক্কন্দো-ক্লগা হরাওনা উংতুনা জগোয় শায়। উহৈ ব্রা-হৈ, মরু মরাং মনা মশিং অনৌবা, তিন-কাং, চুম অমত্থুং লিম্নচিংবা চাদুনা



ব্রাহোং লাবা

হিংই। লাবা অমনা অমোম মরি মঙা কাওবা লৈমিনলৈ। অশুকপা নারক মোংশোং মরক্তা চৈতেক চৈরাং অমদি উনা



ঋাহোং লাবনা মমৈ থেখৎতুনা জগোয় শাবা

শিংনানা লৈবাক মথক্তা মহুম শারগা কালেনদগী মেরা থা ফাওবগী মনুংদা অমোমনা মরুম অহুমদগী মঙা ফাওবা কোকই। ভারত জাতীগী থংনবা উচেকনি। ঋাহোং জাৎ অনি শুই। ভারতকী অশাবা লমদম অমস্থং খা-নোংপোক থংবা এশিয়াদা ফংই।

---



পাংশেকপী

পাংশেকপী—যুমদা য়োকপা খুনুমুক চাউবা মমৈ শেম্বাংগুম্না কাতি শানা পানবা মশা অতৈনা থোৌবগা মংকাক্কী লৱায়না মুনা তাংবা উচেকনি। মশা অতৈ থোৌরণস্থু মনঙ্গলগী শরুকতু উৎমচু চংনা ৱাওশিল্লি। মচিন নাপু মচুনি অতুগা মখোংনা ওাংই। মখোইগী জাং অসি ৩৯ শুই। অয়াম্বনা সমুদ্রদগী উমাইবীগুম্না হুমথরগা ওা ফাতুনা চাবগা হিংই। খরনা পাং. ভুরেল অমস্থুং লবুক্তগী ওা, তিন অমসুং

জীব মচাশিং চাদুনা লৈ। মখোই অসে লাবা অমোম জুরা থক কাইনদে। হুপলক, ফুম অমসুং পাৎয়াগী অশোংবা মরক্তা উনা-শিংনানা মহুম শারগা অমোমনা মরুম অনিদগী ৩ ফাও কোকই। সমুদ্রগী ঈথৎশিংদদি শঙ্গু শঙ্গু ওইনা লৈদুনা মরুম কোকই। মখোইগী মচাশিং অসি ১০০ গী মন্থুংদা ৭০ দি চহি ফাদ্রিবৈদা উম্না য়ৈথদুনা হাৎখিবা নত্রগা জীব অতৈনা চাথোকখিবা ঙাক্তনি। চহি ৩ শুদ্রিবশিংদি মরুম কোক্তে। অতোপ্পা দেশ অতৈদা লৈরুরগসু মরুম কোক-লমদাইদা মহাক্কী পোকনফম লম অদুদা হল্লকতুনা কোকলৈ। পৃথিবীগী মফম পুমনমকতা অমসুং মনিপুরনচিংবা ভারতকী লম অয়াম্বদা ফংই। অরাং মেরুগী অইংবা লমদমদশু লৈ। মখোই অদুদি থা-মেরুগী থাপলবা লমদমশিংদা কিলো-মিটার ৩২০০০ থাপনা পাইরগা চাক্তাদুনা লৈরুই অদুগা মরুম কোকলমদাই কালেন চঙকপদা অরাং - মেরুরোমদা হলকই জাৎ অসিবুনা "আর্কটিক টর্ন" কৌই।

———— —



পফিন

**পফিন ঃ**—মশাদি য়াম্না পিকনা পানবা, সমুদ্রদা চাক্তাবা উচেকনি। য়ুমগী খুনু অমুক চাউই। মনঙ্গল মুরগা মথা অমসুং মবুক ঙৌই। মনিংলোমদা মথোং য়াম্না চথনা পাম্বনা লৈকংদা চৎপদা মীগুম্না লেপ্তুনা চৎপা মাল্লি। মচিনদু অঙাংবা, নাপু অমসুং সংবান্নবা মচুনা ময়ি ময়ি চৎনা লাংই। মথোই অসি ইউরোপকী ল্যাপল্যাণ্ডগীনা অল্লাং আমেরিকাগী নোংপোক থংবা তোরবান ফাও আর্কটিক মহাসাগরগী অঙ্গংবা লমদমশিংদা লৈ। সমুদ্রদগী ঙা অমসুং জাব মচাশিং ফাদুনা চারগা হিংই। ইঙা থাদা কংফালদা কারকুগা সমুদ্র তোরবানগী চীংমাইগী অহোবা মখুলশিংদা মরুম কোকই। অমোম অমনা মরুম ১ কোকই। মদু লাবা অমোম চংনা

কোল্লগা চয়োল ৬ শুরকপদা মচা ওল্লি। মচাদু মুমিৎ ৪০নি ফারগা সমুদ্রদা মচিঞ্জাক তাবা ওমই। কালেন থাদদা কংফালদা কারকপনি ; নিংথম থাগী অঙৌংবা থাশিংদু সমুদ্রগী ঈশিংদ লেন্দুনা লৈ।



মূর

**মূরঃ—** মূর পফিনগা জাৎ মান্নবা অদুগা মশাগী চাও শাংবদি থরা হেনবা উচেক জাৎ অমনি। মখো অসিদি উচেক অতৈগুম্না মচিন পিকনা তুমনা পাল্লি। শাজং লিচৎ কুচু কুমেন অমসুং লৈফম পফিনগা মান্নৈ। মখোইসি ইউরোপ অমশুং অরাং এশিয়ারোমদদি গিলিমোট হায়না কৌই। অদুগা অরাং আমেরিকাদনা মূর হায়না খংনৈ। উচেক অসিদি অমোমনা কোকপা মরুম অমদু লাবা অমোম শিন্না শিন্ন মখোং মথক্তা থাঙ্গত্তুনা চপলগা মচা ওন্দ্রি ফাওবা কোল্লি।



## টুক্যান

টুক্যানঃ— কাক অমুক চাউবা উচেকনি। কুচু মুই অদুবু মথনাওদি ঙৌই। মচিনদগী মৈতোন ফাওবদা ডেসিমিটার ৬ য়ৌই। উচেক অসিগী মচিনগী শরুক্তুনা ডেসিমিটার অনি য়ৌনা শাংই। শাংবগী মতিক চাওই অদুবু মরিল হোই অদুনা য়াম্না য়াংই। অদুগা মরৈসু শাংবদি শাংলগা পিকই। নাপি মনামুক্তা চাউই। মখোই থোংবা হৈজে অদুবু মচিন চীকপগী কপ কপ লাউবা মখোলদু য়াম্না হোই।

নুমিদাং তুম্বা মতমদা উক্রোং মনুংদা মচিন অদুনা মনঙ্গলদা থাঙ্গৎতুনা থমলগা মমৈনা কুপশিন্দুনা তুম্মী। উহৈ ম্বাহৈ তিন-কাং অমস্তুং চুম্নচিংবা চাতুম্বা হিংই। উক্রোংদা মহুম শারগা অমোম্না মরুম অনিদগী মন্নি ফাওবা কোকই। উচেক অসি জাৎ ১৭ শুই। ময়াই থংবা অমস্তুং খা থংবা আমে-বিকাদা ফংই। অতৈ লমদা লৈতে।

---



নোংগৌবী

**নোংগৌবীঃ**—কাকমুক চাউবা উচেকনি। মশা অনি অদু কুহি মচুদা পাংথোকপনি। অদুগা

মশা অনিদু নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তি মুই। লাবা অমোম মশক মাম্নৈ। তিন-কাং, চুম, উচি, অমস্তুং উচেক মকুমনচিবা চাত্নুনা হি'ই। নোংজু থাদনা তৌইনা খোংই। নারক মোংশোং অমস্তুং থোইনা বাংদবা উশা বাসা মরক্তা চৈতেক চৈবাং অমস্তু উনানা মহুম শাবগা কালেনদগী নিংথমথা চংবা ফাউবগী মনুংদা মকম অহুম দগী মরি ফাও কোকই। মনিপুরনচিবা ভারতকী লমদমশিং অমদি এশিয়া অমস্তুং আফ্রিকাদা লৈ।

---





## পিথাদোই

**পিথাদোই**— শেন্দাংদগী হেন্না পিকপা উচেকনি। মনঙ্গল অমশুং মকোক লংনা সংবায়ে। মখোয়ী অমশুং মবুক অয়ংবা নাপু মচুনি অদুগা মথানা লংখংনা ঙাংই। অমোমদি মনঙ্গল অমশুং মকোক চোরকোন মচুনি, অদুগা মবুক মথানা য়াওনা নাপু চংই। উহৈ-য়াহৈ অপিকপা ভিন-কাং মচা অমশুং লৈহি চুপতুনা হিংই। নারক মোংশোং মরক্তা নাপি-শিংবী মরি-মরাংনা য়াম্বুবী মহুম শারগা নাকলদা মথোং ফাংলি। অমোমনা কালেনদা মরুম অনিদগী ৩ কাও কোকই। ভারতকী কিলোমিটার ৮০০০ দগী ১৯০০০ য়াংবা অইংবা চীংগী লমদমশিংদা অদুগা এশিয়া ইউরোপ অমশুং আমেরিকাগী অশাংথবা লমদমদা ফংই।

———— — —



খংব্রাংচাক

**খংব্রাংচাক** শেন্দাংদগী খরা হেনগৎনা চাউবা উচেকনি। মনঙ্গল. লৱাই অমশুং মমৈ মথক অহূ ৱাওথাংনৈ। মঙকশমদগী মবুক ফাওবা ঙৌই অদুগা মথৌরী মথাদা অমুবনা থা মচেৎ শানা তাংই। মমৈ অচু মতম অয়াম্বদা শুহাক লৈতনা খপতুনা লৈ। লবুক লমহাংনচিংবা লৈবাক মথক্তা চাক্তারগা তিন-কাং মচা মচা ফাদুনা চারগা হিংই। এশিযা, ইউরোপ অমশু আমেরিকাগী অৱাং থংবা অইংবা লৈপাকশিংদা লৈ। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি পৃথিবীগী অশাব লৈবাকশিংদা নিংথম থাদা চাক্তাবা পাইরকই অদুগা কালেন চঙকলগা হনখি। য়ুমগী অহো অৱাক নত্রগা মুংলক্তা মরি মৱাং অমশুং নাপিনা মহুম অমোমনা মরুম অহুমদগী তরুক ফাওবা কোকই। শারগা



## উচিনাউ

**উচিনাউঃ**— খোইনিংদগী খর হেন্না চাউবা উচেকনি। মকোকতগী মথা ফাওবা লাবগীদি মুনা লংই, অদুগা মবুক্না ভোই। মশা অনিদুম্ভ অমুবগা অঙৌবগনা য়ান্নে। অমোমনা মকোক্কী অমস্থং অতৈ অমুবা শরুক অদু ৱাওথোকই। মখোই অসি মতম অয়াম্বদা অমস্থং খোংবা মতমদা মমৈ অদু থপ্পী। তিন-কাং, মিরাং তিন অমশুং মখোইগী মরুম অপিকপশিংদু চাদুনা হিংই। উক্রোং ৱাক্রোং অমশুং অহো-অরাক্তা মহুম শারগা কালেন চংবদগী নোংজুখা ফাওবদা অমোমনা মরুম অনিদগী মতা ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি ইউরোপ এশিয়া আফ্রিকা অমশুং আমেরিকাদা ফংই।



চরোই

**চরোই**— থোইনিংদগী হেন্না চাউবা উচেকনি। কুচু মুই, মমৈ মৈতোন অতু কাচি শাই অমসুং শাংই। লাবা অমোম মশক মান্নে। কোজেং-হারৌ অমসুং তিন-কাং চাই অতুগা লৈহিশু তোইনা চুপ্পী। উগী মশা মরেংদা চৈতেক চৈবাংনা তেঙ্গোং মওংগুম মহুম মচা শাবগা কালেন থাদা অমোমনা মরুম অহুমদগী মগা ফাওবা কোকই। মহুম অদু য়াম্না থৌনাফনা গাক-শেল্লি অচৌবা কাকনচিংবা পাইশিন-লকপদা হুমথ হুমথদুনা তাল্লি। চরোই জাৎ কুন শুনা লৈ। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি এসিয়া আফ্রিকা অমসুং অষ্ট্রেলিয়াদা ফংই।



লংখুনু

**লংখুনু**— চোঙঙাদগী থরা হেন্না চাউবা উচেকনি। ৱাওথাংনবগা ৱাওথাংনবদা লৈশিনবগনা মপুং ওইবা কুচুনি। ঙকপমগী লুশমলোমদা অমুবনা লৈই শাংনা তাংই। লৈবাক্তা কেলম্বা মরু-মরাংনচিংবা খুন্দুনা চারগা হিংই। উ মচাশিংগী মথক্তা নত্রগা নারক মোংশোংদা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শারগা অমোমনা মরুম অনি কোকই। কোকপগী মতম কালেন নিংথম অনিমক্তা ওই। অরেপপা লৈতে। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসুং ইউরোপ, আমেরিকা, এশিয়া অমসুং আফ্রিকাদা ফংই।

———



## এনিস

**এনিস**— কোকিল অমুক চাউবা উচেক নি। কুন্না ক্বাকরুম্না মুই। মচিন থানা পাল্লি অদুগা মথক থংবা চীনথকতা মক্রক মক্রক হকই। মখোই অসিম্স উরিংবুন্না পুন্না লমিন্নবা অমসুং শুমিন্নবা অসিগুম্বা সাজং অসি চংলি। লাবশিংদি অযাম্বদা সঙ্গু সঙ্গু লৈ। তিন-কাং অমসুং উহৈ বাহৈ চাতুনা হিংই। মরুম কোকলমদাইদা লাবশিংনা ময়াম চংদুনা উ অমদা হুম কয়ামকুম শাবগা অমোমশিংনা ময়াম অদুদগী অদবা থল্লগা মরুম অমদগী মরি ফাওবা কোকই। অমোম অমনা মরুম কোল্লিবা মকোম অদুনা অতোপপা অমোম অমনসু মরুম কোকশিল্লে। মখোমশিংদু অমনশু অমনশু অদুম কোল্লি। মচা ওলকপা মতমদুদা অমাম চংদুনা মচিঙ্গাক ইনবী। খা আমেরিকা অমসুং মনাক নকপা দ্বীপশিংদা লৈ।



থাওয়ানবী

**থাওয়ানবী**— মথোং শাংবা কুচুনা উৎ মচুগা অমুবগনা লাংবা অদুগা মচিন কা হেন্না চাউ শাংবা উচেকনি। মকোক্তগী মঙকসম ফাওবা শাংই অদুগা মতু হৌদে। মথাদা অচৌব। অভাংবা মতু হৌদবা থাও অমা য়াম্থদুনা পাল্লি। বাংবনা ডেসিমিটার ১২ দি য়োই। অৱাংবা

উথক্তা চৈতেক চৈবাং চেনশিন্দুনা মহুম শারগা নিংথমথাদা মকুম অহুমদগী মবি ফাওবা কোকই। ব্রহ্মদেশ. ভারত, অমশুং আফ্রিকানচিংবা অশাবা লমদমসিংদা ফংই। থরোই-চাবী জাৎ অমনি।

---



চিনখোংউপ

**চিনখোংউপ**— মচিন তেম্না খোংউপ মওং মাননা পাক্লা পানবা জাৎ অমসুং আফ্রিকাগী ইজিপ্ত

দেশত্তা ফই। মখোইগী মচিন অত্তুনা অপেৎপা লৈখোমদা থিংজিন্দুনা থরোইনচিংবা থিত্তুনা চাই। মত্তুম লৈবাক্তা কুথহল্লগা চৈতেক চৈরাং অমশুং উনা-সিনানা সাই। অমোম্না অমুক্তা মরুম ৩ দগী ১২ ফাওবা কোকই।

---



ময়াং উরোক

**ময়াং উরোক**— মশা অপুম্বা মুরগী লল্লাই ওাংনা তাবা জাৎ অমগী মচিন্দা মওফসম ফাওবা মুরগা অতৈনা ডেৌবা জাৎ অমগা অনি অসিনা মরুনি।

মচিন শাংনা থাঙ্গোল গুম্না কোম্না পাল্লি। ম্বাংবনা ডেসি-মিটার ৮ লোম য়োই। মখোয় শঙ্গ শঙ্গ ওইনা চাক্তাই পাংকা অথেনবা মফমদা ময়াম চংতুনা মখোংনা ঈশিংদু লৈনাং তানা নৈথাই অতুদগী তাওখৎলকপা ঙানচিংবা জীবশিংদু ফারগা চাই। মখোই মখোল নিংথিনা থোকত্রবশু খোংবদি ঙমই। উথক্তা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শারগা অমোমনা মরুম অনি দগী মরি ফাওবা কোকই। এশিয়া, আফ্রিকা, ইউরোপ অমসুং অষ্ট্রেলিয়াদা ফংই। মশা অপুম্বা মুবা ঙাং অতুবু ককশু হায়না খংনৈ।

---



পোরোম

**পোরোম**— য়ুমদা ম্নোকপা ঙানুম্নুক চাউবা

মমৈ পান্দবা মরাইবক ঙৌনা তাংবা ঈশিংদা হৈনবা উচেকনি, মশা অপুন্বা হাইফেৎ ৱাওরপ তানা মুই। মখোং খোংসাশিং অদু ঙানুগীগুম্না শমজিন্নদ্রবস্থ ঈশিংদা শিজিন্নবা মুঙাইনবা মতাং মতাং খুদিংমক পাকখোকই অদুগা ঈশিংদা ঈরুপ্পা অমশুং তাওবা-ঙমই। মখোইনা ঈশিংগী জীব মচাশিং অদুগা লুপনৌ ফৌনৌ মতোন অমস্থং কনচিংবস্থ চাদুনা হিংই। ঈশিং মথক্তা শিংউৎ শিংনাংনা মচুম সারগা অমোমনা কালেন থাগী মমৈ ওইরকপদা মরুম ৬ তগী ১০ ফাওবা কোকই। ইউরোপ, অমসুং আমেরিকা অদুগা ময়াই অমস্থং নোংচুপ থংবা এশিয়াদা লৈ। মনিপুর অমস্থং অমাং ভারতকী অসাবা লমদমশিংদশু নিংথম থাদা চাক্তাবা লাকই।

## উমু

উমু পোরোমগা সাওং শাদা মান্নবা অদুগা মশাগী কুচুনা অসংবদ ঙাংলৈনবা চংবা উচেকনি। সাজৎ লিচৎ মান্নরবশু মখোই অসনা মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমশুং পৃথিবীগী আসাবা লৈবাকশিংদা লৈ। লৈখি লৈখিবা লমদু থাদোক্তে। অতোপ্পা দেশতা চাক্তাবা পাইদে।



থরোইচাবা

**থরোইচাবী**— মসা ৱাং চাউবা মঙক অমস্থং মচিন সাংবা উচেকনি। অচৌবা অসাংবা মচিন অহু মুই অহুগা মকোক অমস্থং মঙকশু মুই। মখোং ঙাংই। মমৈ অতেনবা অহুগা শদোনগশু মুই মপা অতৈদি ঙৌই। ৱাংবনা ডেসিমিটার ১২ য়োই। ঙা, হঙোই, থরোই, তিন-

কাংনচিংবা জীব মচা ফাদুমা চারগা হিংই। অয়াম্বা মতমদা অচৌবা পাৎয়াদা মচিঙ্গাক তাই। মখোই অসি মখোন থোক্লা খোংবা ঙমদে। য়ুমবানবা মতমদা লাবনা মশা থপতুনা জগোই সাবা অমসুং মচিন কপ কপ চিকপা অসি তোইনা তৌই। মচিন কপ কপ চিকপগী অহৌবা মখোল থোকই। অৱাংবা উথক্লা চৈতেক চৈরাংনা মতুম সারগা কালেনগী অসাবা মতমনা অমোমনা মরুম অহুনদগী মরি ফাওবা কোকই, ভারতনচিংবা এশিয়াগী লমদম'শং, আফ্রিকা অমসুং থা থংবা ইউরোপ ফাওবা ফংই।

---



থরোইচাবী অঙৌবী

## খরোইচাবী অঙৌবী— মচিন

অমশুং মখোং ঙাংবা সদোন মুবা অদুগা মসা অতৈনা ঙৌবা উচেকনি। মখোই অসি য়াংবনা ডেসিমিটার ৯ হেল্লি। ইউরোপকী লমদমশিং অদুগা অৱাং নোংপোক অমসুং অৱাং নোংচুপ অশিয়াদা লৈ। নিংথম থাদা ভারত অমশুং আফ্রিকাগী অসাবা লমদমশিংদা চাক্তাবা পাইরকই। কালেন চঙকলগা মরৈবাক্তা হনখিবা মতমদা হান্না সারম্বা মহুম অদুদা অমুক চৈতেক চৈরাং চেনশিল্লগা হাপচিন্দুনা মহুম সেমলগা অমোমনা মরুম ৩ দগী ৫ ফাওবা কোকই। য়ুমথক অমসুং উ অৱাংবদা মহুমদু শাই। ঙা, হঙোই, লিন, অমশুং উচিনা চিংবা চাই। শা, অসিবা অমশুং শা-ঙা সেম্বগী অরেম অথাক অদু চাথোকই হায়দুনা কান্নবা উচেক অমা ওই। অদুনা ইউরোপকী মফম খুদিংমক্তা মখোই অসি হাৎপা থিংই।

---



চেকলাওবী

**চেকলাওবী**— মচিন তুম্না কা হেন্না সাংনা পানবা উ:চকনি। রাংবনা ডেসিমিটার অনিরোম য়োঁই। মসা অপুন্মা রাওথাংনবগা অমুবগনা লাংই অদুগা মথানা চৌরুনৈ। ডেসিমিটার অমগী তম্মাই থরা হেন্না সাংবা মচিন্দুনা পাং অমশুং তুরেলগী নৈখোমদা থিংজিল্লগা তিন কাং থিদুনা চাই। মমৈ ফন্দোকপা অদুগা মমৈ মৈতোন তুম্বা জাং অনি অসিনা মরুনি। পাংকী অশোংবা

মরক্তা মহুম সারগা অমোমনা কালেন চঙকপদা মরুম ৪ কোকই। পৃথিবীগী য়াম্না ঈংবা লমদমশিংদা লৈ। অতুগা মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমশুং আফ্রিকা, খা আমেরিকানচিংবগী অসাবা লৈবাকশিংদা নিংথম থান্দা চাক্তাবা পাইরকই।

———



কাংদ্রুক

**কাংদ্রুক** চেকলাওবী জাৎ অমনি। মশক মওং, সাজৎ মান্নে। চিঞ্চাকসূ চেকলাওবীগা মান্নে। অদু মনদি ওইরগা নথোই অসি লাবদগী অমোমনা চাউবা হেল্লি। অদুগা অমোমনা কোকপা মরুম মরি অহু লাবদুনা

মচা ওন্দ্রিবা ফাওবা কোল্লি। মখোই অসিদি অরাং অস্ট্রেলিয়াদগীনা মনিপুর, আসামনচিংবা ভারতকী লমদমশিং ফাওবদা মরুম কোকতুনা লৈ। মখোইগী জাৎ অসিদি হিমালয়নচিংবা পৃথিবীগী য়াম্না ইংবা অরাংগী লমদমশিংদা লৈরগা মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিংদা চাক্তাবা নিংথম থাদা লাকপবুনা শাবন কৌদ্রুক কোই।

---



নোঙ্গাং

নোংঙ্গাং — মকোক তাশিম্বা মমিৎ লাওনা পামবা উচেকনি। লরাইদগীনা মনঙ্গল অপুম্বা ৱাওথাংনবদা

সনা মচুগা অঙৌবগনা মফুৎ মফুৎ থিনবা অদুগা মচুবা মখোৌরী অমসুং পাৎয়াদা চাক্তারগা থরোই মচা. হাইখু অমশুং তিন-কাং ফাদুনা চাই। ইউরোপ, আমেরিকা অমসুং এশিয়াগী অরাংথংবা লমদমদা লৈ অদুগা মনিপুর-নচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসুং পৃথিবীগী অশাবা লৈবাক্তা নিংথমথা চঙকপদা চাক্তাবা পাইরকই। তুরেল অমসুং সমুদ্র মপানগী লৈঙোই মথক্তা মহুম সারগা কালেন থাদা অমোমনা মকুম ৩ দগী ৪ ফাওবা কোকই।



ঙাহোইবী

**ঙাহোইবী—** নোংঙাংগী জাৎ মনুং চল্লি। মকোক অমসুং মখোৌরী মুই। মশা শাইরুং অমসুং মমৈ

মৈতোনশু মুই। অতৈ মশা অপুমবা উৎ মচুদা পানথোকই। ডা, খরোই অমস্তং তিন-কাং ফাদুনা চাই। তুরেল অমস্তং খোংনুংগী মপান্দা কালেন থাদা মহুম সারগা অমোমনা মরুম ৩ দগী ৪ ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমস্তং পৃথিবীগী অসাবা লৈবাকশিংদা লৈ। ডাহোইবীদি অমুবা মতুগী তুশবা মতোক পাল্লি। মহাক্না চাওশাংবা অমশুং মশক মওং মান্নবা মনঙ্গল মুরপ তানা থাওশিনবা, মবুক ডৌথোকপা জাৎপুনা শলঙ্কাক হায়না কৌঈ।

— — — —



উরেংকোম্বৌ অমস্তং উথুম

# উরেংকোম্বৌ — য়ুমগী খুনুমুক

চাউবা মচিন সংবান্নবা মরাইবক ঙাংনা মচেৎ অমা তাংবা উচেকনি। থাপনা কোইনা পাইবা শুমদে। নারক মোংশোং মরক্তা লৈ। মনঙ্গল ময়াওরপ তৌনা মুই অদুগা খৌরী, মথা, অমশুং মবুক তংথাই অমা ঙৌই। মমৈরোম থংবা মবুক তংথাই অমনা কুহি মচুনি। তিন-কাং, মহৈ-মরোং নাপি অমশুং হুপনৌনচিংবা চাই। নারক্তা মহুম সারগা অমোমনা মরুম ৬ দগী ৭ ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসুং পৃথিবীগী মফম পুম্নমকতা ফংই।

**উহুম**— উরেংকোম্ফোদগী হেন্না চ উবশু য়াউবা উচেকনি। মসা অপুম্বা মুরগা মমৈগী মথা থ গা শরুকতুনা ঙৌই। শাইরুংগী মপাল অহুশু ঙৌনা চেল্লি। মখোইসিনা পাংকী অমশুং লৌরক্তা মহুম শারগা কালেনগী অসাবা থাদা অমোমনা মরুম ৫ দগী ১২ ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমশুং পৃথিবীগী অসাবা লৈবাকশিংদা লৈ।

---



লমগুানু

**লমগুানুঃ**— লমগুানুশিংসে য়ুমদা য়োকপা গুানুশিংগা চাও-শাংবা মমস্থং অশক মওং মান্নে। মচিন পাকই অমস্থং মখোং খোংশাশিংদু উনশা অপাবনা শমজিন্নৈ। মদুনা মখোইনা ঈশিংদা ঈরোইবদা মখোংদু নৌগুম্না শিজিন্নৈ। ঈশিংদা হোবা মনা-মশিং, তিন-কাং ঙা অমস্থং থরোইনচিংবা ফাদুনা চারগা হিংই। কালেন চঙকপদা লৈবাক্তা নত্রগা মোংশোং মরক্তা মতুম শারগা অমোমনা মরুম ৪ দগী ১৬ ফাওবা কোকই। পৃথিবীদা লমগুানু জাৎ ১১৫ শুনা লৈ। কাংলুপ

খুদিংগী কুচু কুমেন অমসুং চাও শাংবা মান্নদে। য়ুমদা য়োকপা জাৎ অসি ১৪ নি মখোইসিনা 'মেলার্ড' হায়বা লম ঙানুশিংদগী শন্দোকখিবনি হায়না লৌনরি। অয়ামবা লম ঙানুশিংসি অরাং আমেরিকা, ইউরোপ অমসুং এশিয়াগী অরাং থংবা শরুক অইংবা লমদমশিংদা লৈ। নিংথম থাদা মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসুং পৃথিবীগী অসাবা লৈবাকশিংদা চাক্তাবা পাইরকই।

মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিংগী পাৎতা চাক্তারবা লম ঙানুশিংগী মনুংদা মথাগীশিং অসিনা অথোইবনি —ঙানূথঙ্গোং, থঙ্গোংমান, ঙানূপিরেল, ঙানূথারা, মৈতুঙঙা, থোইদিংনম, ঈরুপ্পী, ঈরুপ্পী কোকঙাং, ভিঙ্গি, ঙানূ পেগদেক, শুরিৎ (লৈঙাংচাবী,) শুরিৎ অঙৌবা (খেরেলাওবী) অমসুং ঈরুপ্পী কোকমু।

———





থঙ্গোং

**থঙ্গোং**— লমগী ওানুশিংগী মনুংদা থঙ্গোংনা থ্বাইদগী হেন্না মশক মতৌ ফজে। মসা অপুম্বা কোমলা মচু ওইরগা মকোক্কী শরুক্কা নাপু মচুনি। মমৈ অমস্নুং শদোননা অরংবা কানা সংই হেক য়েংবদা য়াম্না ফজনা উই। মচিন চিন্দোনদগী মৈতোন ফাউবদা ডেসিমিটার ৫ য়োই। মথোইদি নাইতোম নত্রগা জুরা ওইনা চাক্কাই।

---



নুক্তা

নুক্তা— মচিন মথক্তা য়েনগী গুম্না মতোক হৌবা ঙানুনি। মনঙ্গল মুই অঙুগা মঙকসম অমশুং মথা অঙৌবদা অমুবনা ফুৎ থিল্লি। মখোইদি ঙানু অতৈগা মান্নদে। উথক্তা উক্রোং অহৌবদা মঙুম শাই। ভারতকী থা থংবা মালাবারগী উমংদা অমশুং অম্রাং আমেরিকাদা লৈ।

───



আইদর

**আইদর** — মনঙ্গল রাওসিন্না মুরবস্থ মকোক মথা অমস্থুং মবুক উনগুন্না লৌই। মখোইদি সমুদ্রগী থুমহি চেনবা ঈশিংদদা চাক্তাই। মচিন্না মথাদগী মতু শংতোকলগা লৈবাক্তা মহুম সাই। অমোমনা মরুম মঙা ফাওবা কোকই। মখোইগী মতুশি লৌরগা ইউরোপ লোমগী মমল য়াম্বা মোন অমশুং মোনপাকন-চিংবা তুনৈ। ভানু জাৎ অসিদি গৃনলেণ্ড অমশুং আইজলেণ্ড নচিংবা অরাং মেরু নকপা লমশিংদদা ফংই।

———



ঙারাকপা অমসুং জেকাপ

**ঙারাকপী**— চোঙঙামুক চাউবা, মচিননা কা-হেন্না চাও-শাংবা উচেকনি। মকোক অমশুং মবুক কুহি মচুনি অদুগা মখোরী অমশুং মথা ভোই। মনঙ্গল অমসূং মশা শাইরুং অনিদুনা শংবান্নবদা লংখৎপা মচুনি। মচিন অঙাংবা অদু চাওরবসূ হুইথনা তুম্না পাল্লি। অন্নাংবা মক্ষমদগী হুমথরগা ঈশিংদা চাবা ঙা, ঙাচক অমসূং কংকালগী কৌজেং হারোসূ ফারগা চাই। তুরেল লৈঙোইদা ডেসিমিটার

মরিমথাই য়োম শাংবা মথুন হুৎলগা মনুংদা মহুম সারগা কালেন থাদা অমোমনা মরুম ৪ দগী ৭ ফাওবা কোকই। মরুম কোল্লিঙৈ মনুংদা চানবা মচিঞ্চাক চেনশিন্দুনা থম্মই অদুনা মকোল মনুং অসি মনম য়াম্না কল্লি। পৃথিবীগী অসাবা অমস্তুং অইংবা লমদম পুম্নমক্তা ফংই। মহাক্না শাক্তুং মাম্নবা ক্রুচুনা অঙোবগা অমুবগনা লাংবা জাৎ অমদি হিমালয় অমস্তুং পৃথিবীগী অশাংগী অইংবা লমদমশিংদা লৈ।

জেব্রাস— ঙারাকপিগী জাৎ মনুং চল্লি। মশক মওং অমশুং কুচু কুমেন ইমান মান্নে। চাউবদি ঙারাকপিশিংদগী মহাক্না থরা হেন্না চাউই। উগী অহো অয়াকতা মহুম সারগা অমোমনা কালেনদা মরুম ৪ দগী ৭ ফাওবা কোকই. তিন-কাং, উ'চ, চুম অমস্তুং লিন মচাশিং ফারগা চাই। ঈশিংদগী ঙাদি ফাবা ঙমদে। নোঙালকপগী অঙনবা অয়ুক অমস্তুং সুমিদাংবাইরমদা কনাগুম্বা মীনা নোক-পগী খোস্লোক কুম্না খোংই। মখোনশু য়াম্না হোই। মখোই অসিদি অস্ট্রেলিয়া মহাদেশতদমক ফংই।



কাংঙা

**কাংঙা**—ভানুদগী হেন্না চাওবা অদুগা মঙক শাংবা অমস্তুং মখোং নেমনা পান্নবা ঈশিংদা হৈনবা উচেকনি। কুহিগা থাওথাংনবা মতুংদা মখা অপুম্বা লাংই। মচিন চিন্দোনদগী মৈতোন ফাওবদা ভেসিমিটার ৮ হেন্না শাংই। ঙা, থরোই, মহি মরোং অমস্তুং নাপিনচিংবা চাই। এশিয়া, ইউরোপ অমস্তুং আমেরিকাগী অরাং থংবা অইংবা লমদমশিংদা লৈ। নিংথম মাদা মনিপুরগী চিংবা ভারতকী লম অমস্তুং পৃথিবীগী অশাবা লৈবাকশিংদা চাক্তাবা পাইরকই। কালেন চঙকপদা চৈঙেক চৈয়াং অমস্তুং উচেক মতুনা লৈবাক্তা মহুম শারগা অমোমনা মরুম ৪ দগী ৬ ফাওবা কোকই।

মতু অমোম্বা চয়োল মরি চুপ্পা মচা ওন্নবা কোল্লি অদুগা লাবনা শাক-শেল্লি। অমোমদি মপুরোইবা হোংদে অদুগা লাবদি অমোম মরি মচাশু পায়ে।

পৃথিবীদা কাংশা জাৎ ৫০ শুন; লৈ। অপিকপা জাৎ অদুবুনা 'কাংশেন' হায়না কৌই। অচৌবা জাৎপুনা 'কাংলেন' হায়না খংনৈ। মকোক অমসুং মশকশম যুবা অবাং আমেরিকাদা লৈবা "কানাভাগী কাংশা" কৌবা মৈতোন্দগী চিন্দোন ফাওবা ডেসিমিটার ৯ হেন্না শাংবা জাৎ অসিনা খ্বাইদগী চাউই।

---



উপোং খারওবী

## উপোং খারাওবী— মশাগী চাউবনা

লংজাম্নক ওইবা মখোং তেননা পানবা ঈশিংগী উচেকনি। মশা শদোন অমদগী শদোন অমা ফাউবদা ডেসিমিটার ১৫ য়োই অদুগা মচিন অদু ডেসিমিটার মরিমথাই য়োনা কা হেম্না সাংই। মখা থংবা মচিন অদুনা সেন্টিমিটার ১৫ য়োনা লুবা থাও অমা পাল্লি। মদুগী মতেংনা ইনগুম্না খোল্লগা ঈশিংদগী ডানচিংবা জীবশিং ফাদুনা চাই। অবাংবা উথক্না চৈতেক চৈরাংনা মহুম সারগা নিংথম থাদা অমোমনা মরুম ও কোই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসুং পৃথিবীগী অসাবা লমদম পুম্নমকতা ফংই। অতোবদা কয়া পান্দবা জাৎ অমগা রাওথাংমবগা অমুবগনা লাংবা জাৎ অমগা অনি অসিনা মরুনি। অতৌবা জাৎ অসিনা থুমহি চেন্দবা পাৎনচিংবা ঈশিংদা চাক্লাই। অদুগা রাওথাংনবা জাৎ অসিনা থুমহি চেনবা সমুদ্রগী ঈশিংদা চাক্লাই।

———



কোকচৈশু

**কোকচৈশু**— মণ্ডক মথোং কা হেননা সাংনা পানবা মকোক অমস্থং মচিন চৈশুগুমনা কোননা পানবা পাংতা ভাবা উচেকণি। মগা অপুমবা ঙৌই।

অতুগা শাইরুংতু ভ্রাংলি ভ্রাংলি চুই। থেমবংনবা মচিন অদু কোন্না পাল্লি অমসুং মচুনা ভাংই। মথোই অসি ব্রাংবদা ডেসিমিটার ১০ হেল্লি। মশাগী চাউবনা য়ুমদা য়োকপা কাংভামুক য়ৌই। অচৌ অচৌবা পাৎতা চাক্তারগা মকোক্লা ঈশিংদা লুপশিনদুনা তিন-কাং ভ্রা, অমসুং কংনচিংবা থিদুনা চাই। মথোইনা পাৎয়াদা লৈখ্রোমিনা ডেসিমিটার অহুম য়োনা ব্রাংবা লৈতোং মচা মচা মহুম ওইনা শেমলগা শঙ্গ শঙ্গু ওইনা লৈদুনা নিংথম থাদা অমোম অমনা মকুম অমদগী অনি ফাওবা কোকই। করিগুমবা পাৎক্তা লিশিং ৪০ হেন্না য়ামনা লৈবা য়াওই।

ভারতকীনা গুজরাট প্রদেশকী কচ্চ লমদমদা লৈ অতুগা থা নোংপোক থংবা ইউরোপ অমসুং নোংপোক থংবা আফ্রিকাগী লমদমগী পাৎশিংদগী লৈ। মথোইনা অথাপ অথাপ্পা অসাবা দেশশিংদা কোইনা শঙ্গ ওইনা চাক্তাবা চৎলি অতুগা মরুম কোকলমদাইদা মথোইগী হান্নগী লৈফমশিংদা হেক হেক হলকই।

---



উরালিনমান

**উরালিনমান**— উমাইবীমুক চাউবা মঙক শাংবা অমশুং মথোং তেনবা ঈশিংদা হৈনমা উচেকনি কুচু লংনা মুই অদুগা খঞ্জাইনা ঙোরুনৈ। ঈশিংদা ঈরুপতুনা ঙা ফারগা হুনগৎতুনা ময়ানা ওক্লগা য়োৎতুনা চাই। ঈশিংদা নাইতোম ওইনা চাক্তাই। উথক্তা ৈ:তেক চৈরোংনা মহুম সারগা কাপ্লেন থাদা অমোমনা মরুম ৩ দগী ৪ ফাওবা কোকই।

মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমশিং অমসুং পৃথিবীগী অসাবা লৈবাকশিংদা মরাং-কাইনা ফংই। উরা লিনমানদগী খরা পিকথবা জাৎপু 'উরা খোমদোন অমসুং 'উরা মিৎসং' হায়না খংনৈ। মখোই অসিগী হেনবা ময়াম ভানুমুক চাউবা জাৎপুনা 'উরা ওকমান' অমসুং উবা পোংয়াম' হায়না কৌই।

খা আমেরিকাগী নোংচুপ থংবা সমুদ্র তোর্বান পিরু দেশতা লৈবা উবা জাৎ অমদি মবুক অমসুং মথা ভৌই। মখোইসিদি লিশিং ১০ হেন্না য়াম্ব শঙ্গু শঙ্গু ওইনা সমুদ্রগী ঈশিংদা চাক্তাই। মখোইনা ফাইবম্বা অমাংবা অদু পোৎ-চৈ থানবগী য়াম্না কান্নবা হাব ওইনা শিজিনৈ।

— — — —





তাওপ্রা

**তাওপ্রা**—উচেক অসি কাক অমুক চাউরগা মশা নোইরপ ভোই। মচিন অমসুং মথোং ঙাংই। মনঙ্গল মাওথাংনরগা মমুক অমশুং মথানা ভোবা উচেকনি। মকোক অসি কালেন থাদা কুহি চংনা মাওই অতুগা নিংথম থাদানা ঙোনা মাওথাংনৈ। মশা শদোননা মুই। মথোই অসি সমুদ্র পাৎ, অমসুং তুরেলদগী ঙা অতুগা কংকালদগী জীব মচাশিংসু চাই। সমুদ্র তোর্বানগী অওম্বা চীংচেপ্তা মহুম সারগা অমোমনা কালেন থাদা মরুম ও কোকই। অর্থাৎ আমেরিকা, ইউরোপ অমসুং এশিয়াগী অর্থাৎ থংবা অইংবা লমদমশিংদা লৈ। নিংথম থাদা মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসুং

পৃথিবীগী অশাবা লৈবাক্তা চাক্তাবা পাইরকই। মখোইনা চাক্তাবা পাইবদা শগ্রু অমদা ৫০০০০ ফাও য়াম্বা য়াওই। উচেক অসি পৃথিবীদা জাৎ ১৭ শুনা লৈ। খ্বাইদগী চাউবা জাৎতি মকোকসু মনঙ্গলশু মুই অদুগা মচিন চিন্দোনদগী মমৈ মৈতোন ফাউবদা ডেশিমিটার ৫ হেননা শাংই।



পেনঙ্গিন

**পেনঙ্গিন**— মনিংলোমদা মখোং য়াম্বা চথনা পানবা, মচিন তুম্বা উচেকনি। মনকল মুরগা মথা অমসুং

মবুক ঙোই। মশাদি পাল্লি অদুবু পাইবদি ঙমদে। মখোং চপ্পনা পানবনা মীগুম্না লেপখৎতুনা চংলি। মখোইসি জাৎ ১৭ শুনা লৈ। খ্বাইদগী চাওববু "এম্পরর পেনগ্বিন" কৌই। ডেসিমিটার মাপল য়োনা ৱাংই অদুগা লুম্বনা কিলোগ্রাম ৪০ য়োই। অমোমনা কালেনদা মকুম অমা কোকই; মদু মহুম য়াওদনা লাবনা মখোংনা চপতুনা সুগিং ৫২ নি চুপ্পা চাদ-থক্তুনা কোল্লি। অচৌবা জাৎসি পৃথিবীগী খ্বাইদগী ঈংবা থা-মেরুগী উন মরক্তা লৈ। সমুদ্রদগী ঙানচিংবা জীব মচাশিং ফাদুনা চারগা হিংই।

অপিকপা পেনগ্বিনগী জাৎনা ৱাংবদা ডেসিমিটাব ৩ দমক য়োবা য়াওই। মখোইদি সুং মচানা কোইশিন্দুনা লৈবাক্তা মহুম শারগা অমোমনা অশাবা থাদা মকুম অনি কোকই। লাবা অমোম চংতুনা মদু মচা ওন্দ্রি ফাওবা কোল্লি। পেনগ্বিন পুম্নমক ৱাং-চাউবা থেম্নরবস্থু মশক মওংদি ইমান মাম্নে অদুগা মকোক্কী মচুগী লাংবদদা মরু ওইনা থেম্নে। মকোক মুবা কোমলা মচু ওইবা অমসুং নাপুচংবনচংবা জাৎশু লৈ। মখোইদি থা আমেরিকা, আফ্রিকা অমসুং অষ্ট্রেলিয়া মহাদেশ অহুমসিগী থা থংবা অঙ্গংবা সমুদ্র মপান্দা লৈ। প্রসান্ত মহাসাগরগী গেলাপেগো ইথৎতশু ফংই।

---



তেনব্রা অমস্তুং ম্যাকো

**তেনব্রা**— কুচু সংবা অত্নুগা মমৈ শাংনা পানবা উচেকনি মমৈগী মথক থংবা মতু অতু শংবাম্নবা অতিম্না মচুনি। মঙকশমগী অকোইবদা অঙাংবা অমস্তুং অমুবগী লৈইনা চিংই। মচিন তেল্লি অমস্তুং কোম্না পাল্লি। মখোং খোংশা মরি পাল্লিবত্নু অনিনা মাদা অত্নুগা অনিনা তুংদা পাল্লি। মরু ওইনা উহৈ ৱাহৈ চাত্নুনা হিংই। অহিং য়াইরেকপা অমশুং চাক্তাবা পাইবা মতমদা লিশিং কয়ামরুগী শঙ্গু শেম্মী। চীংদা নত্রগা অশুকপা উমংদা উক্রোং ৱাক্রোংদা মহুম সারগা অমোমনা নিংথম থা ময়াই চম্লকপদগী কালেন হৌগৎলকপা

ফাউবদা মরুম অনিদগী তরুক ফাওবা কোকই। তেনৱা শিংদি য়ুমবালমিন্নখিবা লাবা অমোমত্তু মপুন্সিগী ওইনা হোংদে অমশুং শিংথি নাথিবা নত্তনা কাইনদে। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি এশিয়া, আফ্রিকা, অষ্ট্রেলিয়া অমশুং খা আমেরিকাদা ফংই। পৃথিবীদা তেনৱা জাৎ ৫০০ শুনা লৈ।

———

ন্যাকো— তেনৱা জাৎ খুদংমক্তুগী খাইদগী চাউই। মচিন্দগী মমৈ মৈতোন ফাওবদা ডেসিমিটার তরেৎমখাই য়ৌই। অঙাংবা অমশুং সংবান্নবগা য়ান্নবা কুচু জাৎ অমগা সংবান্নবগা নাপুগা তিন্নবা জাৎ অমগা জাৎ অনিসিনা খাইদগী ফজৈ। ময়াইথংবা অমসুং খা থংবা আমেরিকাদা ফংই, অতৈ লমদা ফংদে।

———



মোইনা অমসুং কাকাতুয়া

**কাকাতুয়া**— তেনবাগী জাৎনি, মমৈ তেল্লি, অমসুং মকোক্তা মতুগী মতোক হৌই। অঙৌবা, অমুবা অমসুং অঙাংবা কুটুগী জাৎ য়াম্না লৈ : কুচু ঙৌবদা মতোক নাপু ওইবা, অদুগা মথা ঙাংলৈনবা জাৎ অনিসিনা মরাং কাইনা লৈ। মথোইদি অষ্ট্রেলিয়া অমদি মনাক নকপা দ্বীপশিংদা লৈ।

**মোইনা**— কুচু মুবা অদুগা চোঙতামুক চাউবা উচেকনি। মচিন অমসুং মখোং শাংই। মশা শাইরুং ময়াইদা ঙৌনা তাংই। মথোকতা মনাগুম্না মতু হৌদবা উনশা নাকন

নাকনদা পাল্লি। লাবা অমোম মশক মাম্নৈ। উহৈং-ৱাহৈং না মরু ওইনা চাদুনা হিংই। উক্রোং ৱাক্রোংদা নাপি শিংবী অমদি উচেক মতু চেনশিন্দুনা মহুম সারগা অমোমনা কালেন থাদা মরুম অনিদগী অহুম ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী চীংগী লমদমশিংদা অমদি এশিয়া অমশুং আফ্রিকাগী অসাবা চীংগী লমদমশিংদা ফংই।

---



চোঙঙা অমসুং চোঙঙামুবী

চোঙঙা— মশা অপুম্বা কুহি মচুনি। মকোক অমসুং মথা মুশিল্লি। শাইরুং ঙৌনা তাংই। মচিন অমশুং মখোং নাপু মচুনি। শেন্দাংদগী শরুক অনিরোম হেন্না চাউই। য়ুমগী অমন অকাই অমশুং অহো অরাক্তা মহুম শারগা কালেন থাদা মরুম অনিদগী মরি ফাওবা কোকই।

**চোংঙামুরী** চোঙঙাগা চাও শাংবা মাম্নবা কুচুনা মুবা অতুগা মরাইবক্তা মতু মুংখংনা মতোক কুম হৌবা চোঙঙামুবী কোবা চোঙঙা জাৎ অমা লৈ। মশা শাইরুংদা অতুগা মমৈদা ঙোনা তাই। মখোইনা লমলককী উক্রোং ম্রাক্রোংদা মচুম শারগা মরুম অনিদগী মরিক্তাও কোকই। নোংচুপ ভারত লোমদদি ময়াংকাককুম্না কুচু ম্রাও-থোকই। চোঙঙাশিংসে মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদম অমসুং পৃথিবীগী অশাবা লৈবাকশিংদা ফংই।

———



চোংঙারাবা

**চোংঙারাবা**— চোঙঙা অমুক চাউবা উচেকনি। মনঙ্গল অমসুং মশা অনিদু অঙৌবগা অমুবগন্না

মতুপ মতুপ লাংই। মকোক্তগী মরেজুন মথা ফাওবা কুহি মচুদা পাথোকই। মকেক্তা অশাংবা মতুগী মতোক হৌই। মতোক অদু শন্দোকপা অনগু' শুপচিনবা য়াই। মচিন সাংনা কোলপ পাম্লি। মখোইদি লৈবাক্তা মচিন্না হন্দুনা তিন কাং ফাদুনা চাবগা হিংই। উক্রেং রক্রেং অমদি মুনগী অহো অবাক্তা মহুম সাবগা অনোমনা কালেন চঙকপা নোংজুপা য়ৌদ্রিবৈঙদা মকুম ৫ দগী ৮ ফাওবা কোকই। মচু মুমিং ১৪নি কেল্লা। মচা ওল্লি। মচা অদু মুমিং ২৭নিদা পাইবা ঙমই। চোংঙাবাবশিংনা মখোইনা ফাবা তিন-কাং অদু মথক্তা লংখংলগা ময়ানা ওকতুনা চাই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি পৃথিবীগী অসাবা লৈবাকশিংদা ফংই। জাৎ ৭ শুই। অয়াম্বনা মচিন চিন্দোন্দগী মনৈ মৈতোন ফাওবদা ডেসিমিটাব অনিমথাই বোম য়ৌই। মখোইগী মকোল অসি মনম নমথি। অমোমশিংদি মকোলদা লৈরিবৈঙদা কিহন থহনলুবা থোক্লবদি যেক্লবা চন্দনবগীদমক মচিন্দগী মনম য়াম্না নমথিবা মতিনগুম্বা শিংতোরকই। ইউরোপ, আফ্রিকা অমসুং এশিয়া মহাদেশ অহুম অসনদা ফংই।

---



উতুবী

**উতুবী** চোংঙা অমুক চাওবা উচেকনি। বল্লবা অমসুং তুমলবা মচিন পাল্লি। লবায় ভাংই অতুগা মনঙল নাপু মচুনি। মখোৗবী অনসু, মথবাক অমুবদা অঙৌবা মচুনা মকুৎ মলুৎ লাংই মচিন চিন্দোনদগী মমৈ মৈতোন ফাওবদা ডেসিমিটার অনি মথাই হেল্লি। মখোইগী মবৈ অসি থাম্না শাংই। মচিন অকনবতুনা উদা বাদা হল্লগা মবৈদু খংজিন্দুনা মনুংদগী তিন কোৎতুনা চিংথোবক্লগা চাই। অসাংবা মবৈদু শিজিন্নদবা মতমদা য়েৎ থংবা মনাতোন লোমদগী ফাওনা মকোক লোমদা চিংথৎখি। উক্রেং বাক্রোংদা মহুম শাবগা কালেনগী অদাবা থাশংগী মনুংদ অংগামনা মকুম তদগী ৮ ফাও কোকই। মতু লাবা অমোম চংনা কোল্লগা নুমিৎ ১৭ নিগী মনুংদা মচা ওল্লি অতুগা চয়োল অহুমগী মনুংদা মচাশিংদু পাইবা ঙমই। পৃথিবীদা উতুবী জাৎ ১৮০ শুনা লৈ। অষ্ট্রেলিয়া নত্তনা মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি অতৈ মহাদেশশিংদা ফংই।



কুমক্ষেংবী

**কুমক্ষেংবী** লম ঙাম্মুশিংগা শাজৎ, শাওং অমস্তুং চিঙ্গাক য়াম্না মাম্নে। মচিন উচেক অতৈগুম্না তুম্না পাল্লি অদুগা মশাগী কুচুনা কুহিদা মুশিল্লি। মথোং থোংশাশিংদু তাইশিন্নদে অমমমদু পাকলপ পাকলপ পাললি। মদুনা ঈশিংদা নৌগুম্না শিজিন্নবা ঙমই। মগৈস্তু পান্দে। অকংবা চৈতেক চৈরাংনা ঈশিং মথক্তা অতাওবা মহুম সারগা অমোমনা কালেন থাদা মরুম কাওবা কোকই। মদু মচা ওননবা কোনবদা চয়োল অহুম চংই। পিকলিবা মচাশিংদু মপিনা মনঙ্গলদা তোংহললগা কোক্টনা পুই। মথাদগী অথোংপা মতুদু শংলগা চিঙ্গাক ওইনস্তু মচাদা ইনবী। মরুম কোললিঙৌদা কন গুম্বনা কিহললুরবদি চৈতেক চৈরাংনা মরুমদু খুমজিলমলগা মরুম অমদা চেম্মোকত্তুনা লোংল্লি। চহি লাখ ৮০ গী মমাংদগী

চৎলকপা সাজৎ হোংলকতবা, য়াম্না লিয়বা ঈশিংগী উচেকনি। পৃথিবীদা জাৎ ১৫ শুনা লৈ।

---



উপুম

**উপুম**— কুমক্ষেংবীগী জাত্তা খ্বাইদগী পিকপদা মচিন চিন্দোনদগীনা মনিং ক্ষাওবদা ডেসিমিটার অনি রোমদমক য়ৌবা "উপুম" হায়বা অসিনি। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসুং ইউরোপ আমেরিকানচিংবা লৈবাকশিংদা ফংই।

---



**ৱাকম্বোং**

**ৱাকম্বোং**— মশা অপুম্বা কুহি মচুনি, মবুক লোমদা থরদি পাথোকই। মচিন চিনদোনদগী মমৈ মৈতোন ফাওবদা ডেসিমিটার ৬ য়োনা শাংই। মচিন মখোং শাওং শাদা অমশুং বাং চাউবা লমপ্রাগা মাম্নে ভা, হঙোই অনম্বুং তিন কাংনচিংবা ফাদুনা চারগা হিংই। ঈশিং মথক্তা পাংকী শিউং শিংনাং মরক্তা মহুম শাই। মহুমদা মরুম কোল্লি-ঙৈদা করিগুম্বা কিহললুবা থোক্লবাদ চেন্দে অতিয়াদা মওক মচিন চপয়ুংনা থাঙ্গংতুনা তুমিন্না লৈ। মদু শিংউং শিংনাং অকং অরাক লৈবা মাল্লি। অমোমনা কালেন্দা মরুম ৪ দগী ৫ ফাওবা কোকই। অহাম্ব হেক অমা কোকপা হৌবদগী

মরুমদু কোম্বা অদুম হৌই, অদুনা মচা ওলকপগী মুমিৎ মান্ন-দবদগী মতম থরদি মচাশিংদু চাউবা মান্নদে। কুচু মুবা অমসুং নাপু মচু ওইবা ৱাকম্বোং জাৎসু লৈ। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অদুগা এশিয়া আফ্রিকা অমসুং ইউরোপকী দেশ অয়াম্বদা ফংই।



লমগ্রা

**লমগ্রা**— মণ্ডক অমসুং মথোং তেনবা অদুগা মসাগী কুচুনা ৱাওথাংনবগা নাপুগনা কুপলাং ওইনা য়ুংনা য়ুংনা লাংবা উচেকনি। য়ুমদা য়োকপা য়েম্বীমুক চাউই। পাৎ, তুবেল

লবুক অমস্নং লমহাংদা চাক্তারগা ঙাও হৌঙোই অমস্নং তিন কাং ক্লাদুনা চারগা হিংই। মরুম কোকুলমদাইদা মকোক্তা অঙৌবা অশাংবা মতুনা মতোক ওইনা হৌরকই। উতোন রাতোন্দা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শারগা মরুম অহুমদগী মরি ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমাশং অমস্নং পৃথিবীগী মকম পুম্নমক্তা ফংই। মাগা মশক মওং মান্নবা কুচু খরা মুশিনবা জাংপুনা লমপ্রা অমুবী কোই।

---



চোংখু

চোংখু—লন্নাই অমস্নং মনঙ্গল মুনা লাংবা অদুগা মখোরী অমশুং মথানা ঙৌবা লমপ্রা জাং অমনি। অয়ুক

নুংখিল পোথারগা নুংমিদাং চাক্তাই । রাইখু ভ্রা হগোই অমসুং তিন কাং চাত্নুনা হিংই। উগী মনাপুংবা মরক্তা চৈতেক চৈরাংনা শঙ্গু শঙ্গু মহুম সারগা অমোমনা কালেনদা মরুম মরিদগী মণ্ডা ফাওবা কোকই। মনিপুরবসিংবা ভারতকী লমদমশিং অমসু পৃথিবীগী আসাবা লমগী মফম অয়াম্বদা ফংই।

———



থম্বাচেনবী

**থম্বাচেনবী**— মকোক, মথা অমসুং মবুক মুনা লংথংনা মনঙ্গল অমশুং মশা অনিদু শেনজেংদা শংলপ

মঠৈ অদুদি তেল্লগা কুহি চুনি। মথোং পিক্লবস্নু শা-ই। অদুগা মথোং খোংশা মরি অদুগু খুজিল মরিদুগু কা য়াম্না হেন্দোক্লা শা-ই। অদুনা ঈশিংগী থাম্না থরো মনা মথক্তা কোইচেন চেনবা অমস্নুং চৎপা ওমই; ঈশিংদা লুপগদে। মথোইনা ঈশিংদা হৌবা পাম্বীশিংগী মনা ময়োন অমস্নুং মহৈ অদুগা তিন কাংনচিংবা জীব চাদুনা হিংই। শিংউৎ শিংনাং অমদি মনা মশিং অকং বনা পাংকা ফুমনক্তা মহুন সরগা অমোমনা নোংজুথাদা মরুম ৪ কোকই। মকোক অমস্নুং মথৌরী মুবা অদুগা লুসমনা নাপু শাবা; মঠৈমনা য়েন লাবগী মঠৈগুম্না পানবা জাৎ



য়েম্বারাবা

অমগু লৈ। মথোইবুনা "য়েম্বারাবা" হায়না কোই। শাজৎ শাওং পুমনমকতী ইমান মান্নৈ। থম্না চেনবীশিংসে মনিপুর-নচিংবা ভারতকী লমদমশিংদা অদুগা আফ্রিকা, অষ্ট্রেলিয়া অমগুং ময়াই থংবা আমেরিকাদা ফংই।



ৱাইন্নুরেন

**ৱাইন্নুরেন**— ৱাংবা ৱাইন্নুমানদগী হেল্লি মিটার অমা য়োই। মকোক মুবা অমস্তু উকশমগী মথক থংবা লুশম লোমদা অঙাংবা মচুনা মচেং মচেং লাংই। অতৈ মশাগী মচুদি ৱাইন্নু অতৈগুম্না ৱাওথাংনৈ। পাং অমস্তুং লবুক লমহাংদা চাক্তারগা তিন কাং

ঙা, হঙোই, থরোইনচিংবা চাদুনা হিংই। লমহাংদা নত্রগা পাৎয়াদা মহুম সারগা কালেন থাদা অমোমনা মরুম অনিফাও কোকই। মখোইসি থা থংবা ইউরোপ, অমসুং আফ্রিকা অমসুং এশিয়াগী অমাং থংবা লমদমশিংদা লৈ। নিংথম থাদা ভারত-নচিংবা অসাবা লমদমশিংদা চাক্লাবা লাকই। অমসুং আমে-রিকাগীদি মকোক অমসুং শদোন মুরগা মশা অপুম্বগী কুচুনা উনগুম্না ওোই। মখোই অসি মুৎথিগদোরে হৌজিক আমেরিকাদা মশিং ১০০ রোম ফানা লৈত্রে।

———



ব্লাইনুমান

ব্লাইনুমান—মশাগী বাংবনা ডেসিমিটার ৮লে.ম

য়োই। কুচুনা লৈশিনবা উৎ মচুনি অদুগা মকোক্না মুই। মখাথংবা মগুকশম মখোরীগী মতুত্নু মথা য়োবা ফাওবা মুই অমশুং শাংনা পাল্লি। নোংপোক ইউরোপ অমশুং অথাং এশিয়াদা লৈ। নিংথম থাদা ভারত্তা চাক্তাবা পাইরকই। আফ্রিকাদা লৈবদি মকোক্তা অকুপ্পা অযুংবা মতুশিংনা শন্দোক্না মতোক ওইনা হোই।

---



ৱাইনু

**ৱাইনু**—উচেক অসি ভারত্তা ফংবা উচেক

পুম্নমকতগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাং চাওই। কুচুনা উৎ মচুনি মকোক অমশুং মখোং ভাংই। মশাগী ৱাংবনা মিটার অমরোম হেল্লি। পাৎ অমশুং লবুক লমহাংদা চাক্তা-ৱগা তিনকাং মনামশিং অমশুং থরোইনচিংবা চাদুনা হিংই। মরুম কোকলমদাইদা লাবা অমোম চোং-ফনবা মশা সন্দোকতুনা জগোইসাবা য়াম্না তোইনা থোকই চৈতেক চৈরাংনা পাৎয়া-নচিংবা লমহাংদা মহুম সাবগা অমোমনা মরুম অনি কোকই। উচেক অসি মনিপুরনচিংবা ভারতকী লম অয়াম্বদা অদুগা এশিয়া, আফ্রিকা অমশুং আমেরিকাদা ফংই। পৃথিবীগী ৱাইনু মথল ১৪ শুই।



নৈতৈ কাক

**নৈতৈ ক্কাক**— উচেক অসি কুচু মুই।

য়াম্না হৈ শিংই। য়ুমদা য়োকপা খুন্নুদগী খরা হেন্না চাউই। খোংদোরকপা মখোল হৌই অমস্তুং য়াকই। মচিন চিন্দোন্দগী মমৈ মৈতোন ফাউবদা ডেসিমিটার ৪ হেল্লি। উহৈ রাহৈ শা ঙা অমস্তুং তিন কাংনচিংববু মচিঞ্জাক ওইনা চান্নুনা হিংই। উথক্তা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শারগা ময়াইদা শম, উচেক মতু অমস্তুং অমোনবা মরি মরাংনচিবনা তেঙ্গোং মওংগুম শেমলগা অমোমনা নিংথম কালেন লোন্নবা মতমদা মরুম ৪ দগী ৫ ফাও কোকই। অহান্বা কোকপা হৌবদগী মপিনা কোম্বস্থ হৌই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি মহাদেশ পুম্নমক্তা কাক ফংই। পৃথিবীদা কাক জাৎ ১০০ সুনা লৈ।



রাবেন অমস্তুং ময়াংক্কাক

**ময়াংক্কাক**— কুচু য়াম্না মুবা নত্তে,' উৎ

মচুদা লৈশিন্নবি, অদুগা চাউবস্থ থরা হন্থে। মচিন্দগী না মৈতোন ক্বাউবদা ডেসিমিটার অহুম মথাইরোম য়োই। অতৈ পুন্নমকতি মৈতৈ ক্বাক্বা মান্নে। পৃথিবীগী অসাবা তম্পাক্কী লমদমশিংদা ফংই।

---

**ক্বাবেন**— ক্বাক্কী জাত্তা থ্বাইদগী চাউই। মচিন চিন্দোনদগী মৈতোন ক্বাউবদ' ডেসিমিটার ৫ হেল্লি অদুগা মশা শদোন অমদগী শদোন অমা ক্বাওবদা মিটার অমা-রোম য়োই। সমুদ্র নকপা চীংমাইগী অহো-অরাকতা চৈতেক চৈরাংনা ক্বাক অতৈগুম্না মহুম সারগা অমোম্না মরুম ৪ দগী ৭ ক্বাও কোকই। এশিয়া, ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী অম্বাং লমদমদা ফংই।

---





অ্যালবেট্রোস

**অ্যালবেট্রোস**—সমুদ্রগী ঈশিংদা চাক্তাবা উচেকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা উচেকনি। মশা শদোন অমদগী অনা ফাওবদ' ডেসিমিটার ৩০ দগী হেন্নবা য়াম্মী। মমৈ তেল্লগা কোইরপ তাই। শদোন মুই মনঙ্গল ৱাওথাংননা মফুৎ মফুৎ থিল্লি অদুগা মকোক মথা অমসুং মবুক ঙৌই। মচিন অদু ডেসিমিটার অনি য়োনা শাংই অদুগা চিনদোন অদু কোল্লি। উচেক অসিনা পাইখৎপা মতমদা লম ৩০ মুক্তি লৈবাক্তা নত্রগা ঈশিং মথক্তা চেল্লি। থাইনগী হি হোন্নশিংনা উচেক অসি হাৎলুরগা খুদোংথিবা থোকই মঙ্গল ওইদে হায়দুনা হাৎনরমদে। মথোই অসি পৃথিবীগী মথা থংবা সমুদ্রগী লম-দমশিংদা লৈ। ভাগ ১৫ শুই। সমুদ্রগী ময়াইদা লৈবা মী

কয়া তাদবা ঈথৎ য়েংলগা অওম্বা চীংমাইদা মহুম সারগা অমোমনা মরুম অমা কোকই মদ্ লাবা অমোম চংদ্না চয়োল ৮ লোম কোল্লগা মচা ওল্লি। মচা অদ্ থা মওারোম ফারক্লগা মতোমতা মচিঙ্গাক থিবা ঙমই। মতম অসি মপিনা চয়োল অমগী মম্পুংদা অনি অল্লুংলক্তুং মচিঙ্গাক ইনবিরৈ। মদ্না মখোইগী মবুক্তা মতম থরগী চানবা চিঙ্গাকস্থ থাকতুনা থমই। মসিনা উচেক অসিনা সমুদ্রদা চৎপা জহাজবু নুমিৎ কয়ানিমরুম অতিয়াদা পাইদ্না ইন্নবা ঙমই। মসি করি করিগুম্বা মতমদা পৃথিবীগী অকোইবগী শরুক তাংখাই অমরোমদি ইলেপ লেপ্তুনা ইন্নবা ঙমই।

---



উমাইবী

**উমাইবী**— কাকতগী হেল্লা চাওবা উচেকনি

কুচুনা কুহি মচুনি। মচিন কোম্না পাল্লি। মখোং য়াম্না হৈ শিংই অন্নাংবদগী হুমথরক্লগা মীনা পুবা ঙানচিংবা পোৎ মখোংনা লাকতুনা পুথিবা ঙমই। মচিনদগী মমৈ মৈতোন ফাউবদা ডেসিমিটার ৫ হেল্লি। মখোইনা ঙা, হঙোই, থরোই অমশুং লিন মচানচিংবা চাদুনা হিংই। উথক্লা চৈতেক চৈরাংনা মহুম সারগা অমোমনা নিংথমথাদগী কালেন চংবা ফাউবগী মনুংদা মরুম অনিদগী মরি ফাওবা কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লম পুম্নমকতা অমসুং পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা উমাইবী ফংই। মকোকতগী মথা ফাউবা ঙোবা অতুগা মশা অতৈগী কুচুনা কুহিদা পানথোক্লা ঙাংবা উমাইবী জাৎ অমসু লৈ। মখোই অসি শাজৎ অমসুং চিঙ্গাক মথকী উমাইবীসিগা ইমান মান্নৈ। অদুবু চাউবদি থরা হন্থে মচিন চিন্দোনদগীনা মৈতোন ফাউবদা ডেসিমিটার মরি থরদমক হেল্লি। অমোমনা নিংথম থাদা মরুন অনি কোকই। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লম-দমশিং অমদি এশিয়া ইউরোপ অমসুং আফ্রিকাদা কাই।

———



খোইনিং

খোইনিং— শেন্দাংদগী খবা হেলপ চাউবা উচেকনি। মকোক মুই, মনঙ্গল কুহি মচুদা পাথোকই অমস্তুং মবুক মথা ঙৌই। মকোক্তা মতুগী মতোক হৌই। মমৈ মথা থংবদা ঙাংনা তাংই। উহৈ ৱাংহৈ অমুনবা অমশুং তিন কাং চাদুনা হিই। নাৱক মোংশোং অমশুং উশা ৱাশাদা মহুম শাবগা কালেন হৌগংলকপা নিংথমথা লোইৱকপা মতমদা অমোমনা মকুম অনিদগী মরি ফাওবা কোকই। খোইনিং জাৎ অহুমনি। মমৈ মখোংগী মথা থংবদা ঙাংবগী মহুৎতা নাপু মচুনা তাংবা জাৎ অমগা মথা অমশুং মবুক তংখাই অমরোম মনঙ্গলগী মচুগা মান্নবা কুহি মচু ওইবা জাৎ অমগা অনি অসিনি। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি পৃথিবীগী অশাবা লৈবাকশিংদা ফংই।



শেম্বাং

শেম্বাং— থোইনিংমুক চাউবা উচেকনি। মনঙ্গল লৈশিল্লা শংবাম্নবা মচুনি। মবুক অমস্থুং মথানা মোৎনা ঙৌই। মকোক্তা অমস্থুং মথৌবীদা কুহি মচুগুম ঙাংলপ তংই হৱিং অমস্থু তিন-কাংবু কোইপাই পাইদুনা ক্যারগা চাই। বুমগী অমদি চীংগী অৱাংবদা য়াম্থতুনা লৈবাক্তা নপতুনা মহুম শাবগা কালেন খাদা অমোমনা মকম ৩ দগী ৫ ফাও কোকই। মনিপুবনচিংবা ভারতকা লমদমশিং অমদি এশিয়া, আফ্রিকা, ইউরোপ অমস্থুং আমেরিকাদা ফংই। পৃথিবীদা শেম্বাং জাৎ ৭৪ শুনা লৈ। অৱাং এশিয়াগী অইংবা লমগী শেম্বাংদি মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিংদা নিংথমথাদা শঙ্গু শঙ্গু চাক্তাবা পাইরকই।

---



বাব্লার

**বাব্লার** - যুমগী খুনুদগী থরা পিকথবা উচেক জাৎনি। মথোই অসি জাৎ ১৭ শুনা লৈ। অমুবা, অশংবা শংবান্নবা অমসুং মকোক্তা নাপু মচু চংবা জাৎশিং য়াওই। অপিকপদা ডেসিমিটার অনিরোম অদুগা অচৌবদা ডেসিমিটার অহুম হেন্না মচিনদগী মমৈ মৈতোন ফাওবদা য়োই। তিন-কাং অমসুং উহৈ হ্নাহৈ চাদুনা হিংই। অরাংবা উথক্তা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শাই। মহুম মনাক ওইনা লৈবাক মথকতা চৈতেক চৈরাংনা মথক কুপ্পা মহুম অমা শারগা মমুংদা কা মচা শেমদুনা থমলগা লাবদুনা মদুদা চোং ফন্দুনা শান্নে। অদুগুম্বা মহুমদুগী মনাক্তা মথোং ময়াদা লিক্লি মচেৎ ফজবা উহৈ ফজবা অরং অরংবা চেল্লকতুনা থমলে. লৈ ফজবা উহৈ ফজবসু মচিন্না হেকতুনা পুরকলগা লৈতেং ওইনা থমলে। পৎলগা নত্রগা কুইরক্লগাদি মদু হুন্দোকখ্রগা অনৌবা অতেকপা

পুরকই। অহুগুম্বা লৈকোল ওইনা শেম্বা মকম অহুদা লাবনা অমোমগা লোইনদুনা শানৈ। অশংবা উচেক জাৎনা অশংবা লৈ-শু পামই অহুগা শংবাম্নবনা শংবাম্নবা পামই অশুম্বা লাব দুনা মশাগী মচুগা মাম্নবা হৈ-লৈদু পামই। অবাংবা উপক্তা শাবা মহুম অহুদনা অমোমনা মরুম অনি কোকই। অমোমদনা মচা ওম্নবা কোল্লি। অষ্ট্রেলিয়া অমসুং মনাক নকপা দ্বীপৎশিংদা ফংই।

---



মালী

মালী—য়ুমদা য়োকপা ডাবু অমুক চাউবা লময়েন্নি। মনঙ্গল মুই অদুগা মবুক অমসুং মথানা অমুবগা অঙৌবগনা লাংই। লাবা অমোম মশক যাম্নে। লাবগী মকোক্তা মতোক হোৌদে। তিন কাং অমসুং মরু মূরাং চাদুনা হিংই। কালেন থাদা অমোমনা মরুম ৩ দগী ৫ ফাও কোকই। মথোইগী মরুম

অসি অসাবা লৈঙোই লমদা কোম তৌথোক্লগা মদুদা উনা শিংনা চেনশিন্দুনা থারগা মরুমশিংদু কোক্লিবনি। মদু অমুক লৈঙোইশিং থোংচিন্দুনা ফুমজিল্লম্মী। অসুম্না থেঙ্গুগী মতৌগুম্না মরুমশিংদু মচা ওন্দ্রিক্কাওবা লৈঙোইদা ফুমজিল্লম্মী। অদুগা মপিনা সুমিং মরি মঙানিরোমগী মনুংদা অমুক অমুক পাইরকতুনা লৈঙোইদু মচা ওম্বা য়ানা শারিত্রা শাত্রবরা হায়বদু মচিন্না হেক হেক থিংজিন্দুনা য়েংলৈ। মদুদা ব্রাংলগনা অনৌবা লৈঙোই থোংচিল্লম্মা।



উশাই শাইঙৌ

উশাই শাইঙৌ—মণ্ডক অমসুং মথোং

শাংনা পানবা মচিন তুম্বা উচেকনি। মনঙ্গন ৱাওথাংনৈ অদুগা মকোক্তগীনা মঙকশম মথা ফাও ড়োই। মথনাওদা অমুবনা মকুৎ মকুৎ থিল্লি। মচিনগা মখোংগা নাপু মচুনি। মশাগী ৱাংবনা ডেসিমিটার ৮ য়োই। মকোক্তা অমুবা অশাংবা মতুগী মতোক হোই। মখোইসি পাৎ অমস্তুং তুরেলদা নাইতোম ওইনা চাক্তারগা হঙোই, ঙা, অমশুং জীব মচাশিং ফাদুনা চারগা হিংই। উথক্তা চৈতেক চৈরাংনা মহুম শারগা জুলাই থা চংলকপদগী অমোমনা মরুম ৩ দগী ৬ ফাওবা কোকই।

উশাই শাইডোদগী থরা ৱাং চাউবদা হন্থবা মচুবাদা কুহি মচু চংনা তাংবা অদুগা শাৰ্জৎ শাওং পুম্নমক্তি ইমান মান্নবা জাং অমগশু লৈ। মখোই অসিবুনা উশাই শাইডাং হায়না খংনৈ। উশাইশিংনা মনিপুবনচিংবা ভারতকা লমদমশিং অমস্তুং পৃথিবীগী মহাদেস পুম্নমক্তা ফংই।

---





## উরোক

**উরোক**— মথোং শাংবা অমশুং মঙকশু সাংবা উচেকনি। মশা অপুম্বা উনগুম্বা চৌই। মরুম কোকলমদাই থাদা য়াম্না ফজবা মহুম কুপ্পা মতু অঙৌবা জাৎ অমা ময়েদা হৌরকই। মতুবু উরেকশেক মতু কৌই। নিংথৌ অমশুং অঙম-অথৌশিংগী কোক্কা থেংনবা মতু জাৎনি। অদুগা ম[illegible]াক্তশু অরংবা মতু অসাংবা তুথবা অমা অনি হৌরকই। হায়রিবা মতুশিংসি মরুম কোকপা লোইরগদি কেনথি। পাং লবুক

অমস্থং লমহাংদা চাক্তারগা হঙোই, ঙা, তিন কাং অমস্থং চুম্নচিংবা চারগা হিংই। উ ন্নাগী মথক্তা শঙ্গু শঙ্গু মকোন সারগা অমো-মনা মরুম ৩ দগী ৫ ফাউবা কোকই মখোইশিগী মনুংদা উসাইমুক চাউবা অচৌবা জাৎপুনা "উরোক লোকলেম্বা" কৌই।



উরোক লোকলেম্বা

মাঙোন্দগী থরা হন্থবা জাৎপুনা "লাংথোংসাং" হায়না খংনৈ। জাৎ অনি অসিদি অয়াম্বদা নাইতোম চাক্তাই। অপিকপা উরো[illegible]না "উরোক নাওকং" হায়না খংনৈ। মখোইদি শঙ্গু ওইনা চাক্তাই। উরোক নাওকংগা চাও সাংবা মাম্নবা সলক্তা চাক্তাবা জাৎপুনা "উরোক সন্দুংইন" কৌই। মসা সাইরুংদা



উরোক চিনপাকপী

কোমলা মচু চংবা অদুগা মচিন চিন্দোন পাকপা জাং অমম্থু লৈ; মসিবু "উরোক চিনপাকপী কৌই; মহাদেশ পুম্নমক্তা উরোক ফংই।

---



শলঙ্কাক

**শলঙ্কাক**— য়ুমগী খুনুমুক চাউবা উচেকনি। ৎনঙ্গল শেঙ্গেংদা মুশিন্বনি। মবুক ৎোই অতুগা মকোক, মখোরী অমসুং মথা মুই। মরাইবক্তা মচু হৌদবা অঙাংবা লৈই অমা মমিৎ মিৎপান অমদগী মিৎপান অমা ফাওবা চিংই। লাবা অমোম মশক মান্নে। তিন কাং কোজেং হান্নৌ অমসুং বাইখু মচানচিংবা চাবগা হিংই। কালেনগী অসাবা থা মনুংদা লবুক লমহাংগী লৈতঙ্গাই মরক নত্রগা নুংলক্তা অমোমনা মরুম ৪ কোকই। কুচু বাওথোকপা অতুগা মরাইবক্তা তাংলিবা লৈইদ্ অঙংবাগী মহুক্তা নাপু ওইবা জাং অমশু লৈ। মদ্ বুনা "শল" হা[illegible]গা থংনৈ। মনিপুরন্‌চিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি পৃথিবীগী অশাবা লৈবাকশিংদা লৈ।

— — —



উরোক চিনপাকপী

কোমলা মচু চংবা অতুগা মচিন চিন্দোন পাকপা জাৎ অমম্ভু লৈ; মসিবু "উরোক চিনপাকপী" কৌই; মহাদেশ পুম্নমক্তা উরোক কংই।

---



শলঙ্কাক

**শলঙ্কাক**— যুমগী খুন্নুমুক চাউবা উচেকনি। ময়নঙ্গল শেঙ্গেংদা মুশিন্নবনি। মবুক চোই অতুগা মকোক, মখোরী অমস্তুং মথা মুই। মরাইবক্তা মতু হৌদবা অংগাংবা লৈই অমা মমিৎ মিৎপান অমদগী মিৎপান অমা ফাওবা চিংই। লাবা অমোম মশক মান্নে। তিন কাং কোজেং হায়ৌ অমস্তুং বাইখু মচানচিংবা চাবগা হিংই। কালেনগী অসাবা থা মনুংদা লবুক লমহাংগী লৈতঙ্গাই মরক নত্রগা সুংলক্তা অমোমনা মকুম ৪ কোকই। কুচু বাওথোকপা অতুগা মরাইবক্তা তাংলিবা লৈইদ্ অঙংবাগী মহুক্তা নাপু ওইবা জাৎ অমগু লৈ। মদ্ বুনা "শল" হা[illegible]গা থংনৈ। মনিপুরনচিংবা ভারতকী লমদমশিং অমদি পৃথিবীগী অশাবা লৈবাকশিংদা লৈ।

— — —



মোংবা

**মোংবা**— শেন্দাংদগী থরা পিকথবা উচেকনি। চোরফোল মচুগুম শংবা অদুগা মবুক্কা ঙৌবা উচেক মচানি। মমৈ মৈতোন তুমই; মদু অয়াম্বা মতমদা মথক লোমদা থেকৎ তুনা লৈ। লাবা অমোম মশক মামৈ। তিন কাং অমস্তুং তি মরুমনচিংবা চাদুনা হিংই। উপা পাল্লিবা অপাকপা অতেকপ (অচোৎপা) উনাদু লাইরে শানা কোনশিল্ল নাম্থোক্তনব অকনবা মরি মরাংনা য়েতুমনা তুবগুম মচিন্না তুশিন্দুনা কাজিল্লি অদুগা মদুগী মতুংদা মহুম সারগা অমোমনা কালেনগী অশা

থাক্কা মরুম,৩ দগী ৪ ফাওমা কোকই। মরুমশিংদু অমোমদনা মচা ওন্দ্রিবা ফাওবা কোল্লি। মচাশিংদ লাবা অমোম চংদুনা মচিঙ্গাক ইনবি। ভারত্তা জাং ৫ শুনা ফংই। মনিপুরনচিংব ভারতকী লম্দমশিং অমদি এশিয়া. আফ্রিকা, ইউরোপ অমসুং আমেরিকাদা ফংই।

---



খুনুখ্রং

**খুনুখ্রং**— লমথুনুদগী থম্না হেন্না চাউবা উচেক্কি

মচিন চিন্দোন কোম্বুনা পাল্লি। মখোংগী খুজিল অদু য়ুম্না খোঈ অমস্তুং চেকশিল্লি। মশাগী কুচুন। মখি মখি লাংই। মমৈ অদু শাংলশ পাল্লি। পাইবা মতমদা মমৈ অদু সন্দোকই। উচেক, উচি, চুম অমস্তুং তিন কাংনাচংবা কাদুনা চাই। মখো-ইনা মাংদা পাইরিবা উচেক অমবু তাম্বদুনা কারমদাই মতমদা পুংদা কিলোমিটার ৩৬৮ গী হিংদা য়াংনা পাইবা ঙমই। মখোইগী অখোইবা খুৎলাইদি মখোংগী মখুজিলনি। উচেকনা চিংবশিং অসি মখোংনা কারগা উথক্তা চেনখত্নুনা। চাবা ঙাকনি; অমাংবা উথক্তা নত্রগা চীংমাইগী মাহো অরাক্তা চৈতেক চৈরাং অমস্তুং উনা শিংনানা মহুম সারগা নিংথম খা মমৈ ওইরকপদগী লোংজু খা চংত্রিউৈদা অমোমনা মরুম ৩ দগী ৫ কাওবা কোকই। পৃথিবীগী মকম পুম্নমক্তা খুমুখুং কই।